মনিপুর সরকারগী শিক্ষা বিভাগকী মতেং কংখ্রবা

# গোল্ড মেডল

ইজবা :—

শ্রীলাইরেনলাকপম য়াইস্কুল সিংহ

চরাংপাৎ বাজার

সত্ত পুম্বা অইবগীনি

মমল লুপা ৩·৭৫ তনি

ইকাই খুম্নবা উচ্চবা :—

ইশাগী শক্তি পীকপনা কোংদোকচনবগী থৌরাং শামদোক-হল্লকুম্ববা অমসুং পুক্সি চুপ্পা নীংজবা অসিগী মখাপোন্দুনা অস্তুমক পুক্রিংগী লমন্ ভোন্দুনা লৈরগত্রা হায়না খল্লকরবা ঐগী "গোল্ড মেডল্" (ড্রামা) বু মণিপুর সরকারগী শিক্ষা বিভাগনা অকোঙমন্ মতেং পীবিদুনা ঐগী হোৎনজমন্ মহৱ পীবিখদসি য়াম্না থুনা পুথোকচবা ঙমজরে।

অসিগুম্নবা মতেং অমসুং উৎসাহ অসি পীবিবগীদমক ঐনা শিক্ষা বিভাগপু পম্বুং লৈত্তনা ইকাইখুম্নবা উচ্চরি॥

শ্রীলাইরেনলাকপম য়াইস্কুল সিংহ

চরাংপাৎ বজার
তাং ১৬। ৫। ৭১ ইং

Prologue :—

জাতি অমগী লোন্ অমসুং সভ্যতা চাওখৎপবা জাতি অদুগী চাওখৎনবগী য়ুমফম্নি হায়বা য়াথলগী লিচিং কয়া, অমদি মশীং মথা তপা লৈবাক্তা মীথা-পোল্লবা থমজনীংবা ঐখোয়' মৈত্রবাক্কী জগোই ঈশৈ অমসুং সুপীবু সুপী ওইহঞ্জনীংবা সতিত্ববু তঙাইফদবা তাহন্দনা য়াথল্. পুক্নিং অমসুং থম্মোয়গী মহুম্ ওইহঞ্জনীংঙ্ বদগীসু মপুং ওইখিদবা নত্তে ।

নোংমতদা মমা অমতনা পোকচবা "জয়ন্ত—কুমারি" অনিগী চটী অমা শুরকপদা জাতিগী ওইবা য়েক্রুবনা মমা মপাগী অত-তাই ওইনা চঙলক্নবা ময়াদা ফিবুল নমহুনা 'সরজু'বু কায়রবদা সুপীনি হায়বা কাউখোক্ননা মপুয়োইববু কয়বগী থোয়াং তৌরুবদা থাঙনা থি-বিরয়ুগা মশাগা কোয়বা সনা লুপা লোইনা থৎতুনা মুনখিবা অমসুং মথাদগী মচা অনিবুসু থাইদগী মমল য়াম্বা পোৎকুয়া মুন্দুনা পুখিবা ।......... ... ... তোঙান তোঙানবা মফমদগী শাখং লৈশাবী কায়রুবা "জয়ন্ত কুমারি" অনিনা তাইবঙপাববগী নিপা সুপী ওইবগী সুংশি লাংদা থুমিয়খিবা অমসুং মমা পোকপা মবুথোক্না মশাগী শক লাত্তুনা জয়ন্ত'গী মীনাই ওইনা লাক্লগা মশু অনিগী সুংশি পাওখোল্লে ই ওইখিবা অমসুং মতুগী পোল্লোই .......!! 'জয়ন্ত কুমারি' অনিগী সুংশি পন্থুংনা তাইবঙ্পান্দা মীওইবনা লেম্বা খুৎ-লেমগী আইন মতুং ইন্না মখোয়'নিগী মফমদা হিমালয়গা পাংথক ওইরবা সমাজগী পন্না খনথ্রবদা 'গোল্ড মেডল' না সাক্তি ওইথ্রবা মখোয়গী মমাঙগী পুন্সিগী থৈহেক কয়াবু কয়ি ওইখিবা অমসুং মতুদগী কয়ম্না নাথৈনবা হোৎনখিবা হায়বদু খঙবিনীংলিবা পাবিয়বা পাঠক'শংগী মফমদা শিয়জয়ি ॥

আইবা—

**Characterisations :–**

| | মিং | | চহি | শক্তম |
|---|---|---|---|---|
| ১। | সরজু সিংহ | | ২৯½ | **M. R,** রজনিগী মপুরোইবা |
| ২। | মুক্তা | ,, | ৬২ | রজনিগী মপা |
| ৩। | জয়ন্ত | ,, | ১। ২ দগী ২৫ ফাওবা | সরজুগী মচা |
| ৪। | প্রকাশ | ,, | ৫৪ | **M L A,** কুমারিগী হবা মপা |
| ৫। | রাজেন | ,, | ১৫½ | জয়ন্তগী চায়রবা মরুপশিং |
| ৬ | নন্দ | ,, | ২৫। ২৬ | (৫ অমসুং ৬) |
| ৭। | মাধজিৎ | ,, | ৫৩। ৫৪ | **O. C.,** জয়ন্তগী হবা মপা |

নুপীদা :–

| | মিং | | চহি | শক্তম |
|---|---|---|---|---|
| ৮। | রজনী দেবী | | ২৪। ২৫ | সরজুগী লোয়নবী |
| ৯। | কুমারী | ,, | ১। ২ দগী ১৮। ১৯ | সরজুগী মচা |
| ১০। | থম্বাল | ,, | ১৭। ১৮ | কুমারীগী মতারোই |

মতেক থরা :—

( ) অরোনবা লাম্নী অমা।

(২) আসাম গভর্ণর।

(৩) গভর্ণরগা লোয়নবা পুলিস ইনস্পেক্টর অমা।

(৪) আসাম এডুকেসন ডিপার্টমেন্টগী ফম্বাইবা থরা।

(৫) শকথওদবা গুন্দা অনি।

(৬) কৈ অমা।

Matters :—

১। নোংমৈ ( রাইফল ) অমা, খাঙশাং অনি।
২। রোৎহিলিং অমা, অচম্বা খৌরি অমা।
৩। Air Bag নত্ত্রগা তহ্কেশ খরা।
৪। চাগী বাস্কেৎ অনি, তৈল খরা।
৫। টেবল অমা, চিয়ার খরা। মোরা খরা।
৬। টোর্চলাইট অমা, গিলাস অমা।
৭। নৌ অমা, উশা অমা।
৮। পবিক্কাগী কল য়াওবা খবর অমা।
৯। বেডিং অমা। বাল্টি অমা।
১০। কাংশি অচৌবা অমা।

---

# গোল্ড মেডল

## অহানবা শরুক

### অহানবা উৎগা

মফম — সরজুগী যুম। মতম — অয়ুক।

( সরজু ১নুং রজনিনা জয়ন্ত-কুমারি অনিবু অমমম পম্নগা মুংঙাইতনা বারী শানদুনা থোক্লকই। )

সরজু — আ — য়েংঙোই. বেডিংগাক্তু খরা শেমজিন শাজিল্লু,চো — কদাই, অঙাংদু ঐ লৌখিরমগে, চাক চখোম অমত্তংগ চাখিগে খর থুনা অমুক্তা হোৎনৌ।

রজনি — কয়িগী চখোম অমত্ত চাখিগদগে ..........

( কিজীনা পি তৈথোকই )

সরজু — ইশে — শোয়রে শোয়রে, অদুম হায়নগাক তপথবা য়াপোৎ নক্রে, ঐনা নাহান মখে হায়বদুদি Military Youth Vacation কংবনী য়ুমদা লৈবনি, Vacation মতম লোইরকএ, অমুক চৎপা তারে, "হা — য়" চঙম্লো চৎলোনে।

রজনি — অদু .......... !

সরজু— হোয়নে হোয়নে ; (খল্লুরগা)... ..তমেলোংগী লম্বীদু
খুদোং য়াম্না চাদে 'প্লা খনবনি ; নংনা য়াম্রবনিনা
কাটর অমা লোয়নবসু ঙাওনখিবা ভারি। তৌবদি রজনি
ঐখোয়না পলেল Out Post তা লৈবা অদুদগীদি য়াম্না
থীনা খেংনগনি — মকম অদুদি পুম্না Disturbed Area
নি। ঐনা মক্তম খরা খাঙলুরক্লা — নংনা য়ুথদা সুংঙাইনা
লৈরম্বা, অদুনা কয়াও ? খল্ল, খল্ল।

রজনি— রজনিনা মহাকী মপুরোইবগী মতুং ইনবদা শিবা ফিরবদি
রজনিনা মপুরোইববু সুংশিবা হায়বদু লৌনখনি।

সরজু—...র....জ...!!

রজনি— অশেংবমক্নি।

সরজু— রজনি। মহাক্না Military অমগী পুন্সিগী লোয়নবা ওইং
রম্বনা, মতু পুম্নমক নংনা খর খাঙবা অরে। অদুগা
দেশবাসি অমগী সুপী ওইনসু মহাক খাঙবা, কনবা মরৈ-
বাক মজাতির সুংশিবা অদুগুম্বা সুপী ওইবীশিংগী
ঙঙাইফদবা গুণশিংগী মরক্তা থোইদোকপা অমা ওইনা
হায়রিবা গুণশিং অসি মহাকীসু লৈরা তাই। ঐহাক
লৌখিক Military নি, Military Rule, Military
Discipline মতুং ইন্না ঐনা নং-ঐগী সুংশিরবা মতম
অদুদা থাদোক্লুরা ওয়দে।

রজনি— ইম্বুংঙো—..........!!

সরজু— য়েংঙ, রজনি,...... চয়োল অমগী মমাঙদুগী পুলেন্দা

Night patrolling গী গাড়ী অমা সিফাইশিংগা লোয়ননা ওন্সি কাওবা থিবা খণ্ড্রি হায়রি। অদুগা মণিপুরগী অয়াম্বা কাচিন কোয়াদা সরকারগী মায়মোক্পা ইনৌ নৌনা নাগা হোষ্টাইলশিংনা হুরানলাম্মাদা খুৎ থিংজিল্লিবা অশিন্থ মখোয়গী করম্বা থৌবাংনো হায়বত্ন খঙদবা য়াদে হায়না Brigadier না Order পীখে।

রজনি—করিগুম্বা হোষ্টাইলশিংনা দাবী অমগ লোয়ননা Mani-pur Govt. বু নিন্দা তৌরম্বা তাররবদি …… ?

সরজু—উম্, অদুগুম্বা অয়োনবা মরৌ লৈরম্লবদি য়েক্লবনি; য়েক্লবা অমনা য়েক্লবা অমদা করি তৌবা তাই নং খঙব্রা— ?

রজনি—ও। লাল॥ নোক্পা পোরম্ শীন্দুনা ইংও থৌনা চঙলগা অশিবনা লোইবা-লাল॥ ও …… …!!

সরজু-(চঙশিন্দুনা) অপঙবীসিদি – মঙ্গল ওইরকউ হায়দুনা নোক্পা নোক্পা বর পীগেদি হায়রত্রুনা করিগী তুজুংনরবা লক্কল্পা মাঙওইনরি। মৈতৈ নুপী মান্দেদা রজনি! য়েংঙোই রজনি! নংগুম্বী নুংশিজগ্রবী ভারতকী তনৌ তনৌরিবী পুন্সি লৈপুং কাত্রিবী ইচে ইচল কয়া ১ দি ওসি মাঙদা উরিবা নং ঐগী নুংশিজখ্রবা ইচা অসিগুম্বা পলেমগী তম্পাক থকী নারা কয়াগী পুন্সি কল্লুসি হায়বদা ঐনা করিগী লৈরুবা ইথৌনা. ইপাগলব্র লোৎশিন্দুনো থমগনি ?

রজনি— ( পিগ লোয়ননা ) নত্তে নত্তে ইবুংঙো !! মপুনা ছন্দোক-পীরবা পোম্বীনি হায়ডুনা করম্না কনাগী অক্লাদা কায়দোংঙ্-গদগেনে ? মডুনা অচুম্বদু ওইথ্রবস্থ ননাইসুবী ঐদি চেক্লা মাগী মপোকস্থ মান্নদ্রবী, মীগী অশোয়বতা থিরবা, অচেঙবতা ঙাইখ্রবা, অমবু অমমা নোক্লা মীনোক্লা চঙহাৎ হাৎপগী হালেংবা লৈত্রবা মীওইবগী মপোক্লিনে ইংবুঙো। অডুগীস্থমথক্তা.........

সরজু রজনি ! ......... নংনা ঐবু অমুক পম্থকল্লগস্থ চৎলো চঙঙো ! চাক ঈশিং তৌরুরো. – চৎলো — ( ওনশিন্দুনা ) জয়ন্ত-কুমারি, পাবুং দাং-দাং কাপলুগে, মখোয় মামাগা লৈরম্ম্-কো। অডুগা পাবুংনা চৎথোকখ্রবস্থ জয়ন্ত-কুমারি অনিনা হম্ হম চাউরক্লুনা পুকচেল খোয়জেন তিম্ননা মামাগী পাওখোল্লোই ওইরমগদবনিকো। তিম্নবতনা পাঙ্গলনিদো ( জয়ন্ত, কুমারি চুপ্লীরগা ) মামাবু অমুক পমহল্লোদনা— ?

রজনি— তিম্নবতনা পাঙ্গলনি জয়ন্ত-কুমারি !! উশা অমত্তদা কায়-দোংমিম্নরম্বা মহাক্লা মিৎয়েংগী বাংমা লাম্না পাইখ্রবদা মরাল লৈত্রবা পোনগী চেক্লা খুদিংমক ঐগী য়েক্লবা ওই-রবোই নীংবনিনে কুমারি — ।

( মচা কোম্লুনা কপ্পী )

সরজু — রজনি । নহাক্লা অহুম ভোরগ' ঐনা করম্না ঐগী পুক্লিংদা ইচঙথোবা ঙমগনি ? – নং ঙাওরবরা ? ঐনা MILITARY

ওইখিবদি ঙসি ঙরাংঙগীসু নত্তে, নং-গ্রৈনা তাইবঙ করি-
নো খঙত্রিত্তৈদগী ইহৌশা ওইরক্লবসিদা করিগী অচুম্বা
ঙৌরিবনো ?

রজনি—যাম্রি, হৌথ্‌রবা রাগীদি চৎথ্‌রবনি। শীঙেল লৈত্রাংগী
মগুন্দি শাংলক্লবা মতমদা মাগী ফুংশিবা লৈবমদগী খঙই
হায়বগুম জয়ন্ত-কুমারিবু ফুংশিবীত্রবরনে ?

সরজু—রজনি ! নং চপ চানা ঙাওরে। অদুঙৈ রাজপুত্তশিংগী
মুপীশিংদু নীংশিংঙ্‌রবদি যাম্না ইকায়নীংঙাইনি থক্লু,
নীংশিংত্রবরা ? নীংবা কনবা, খাঙবা কনবা হায়বা অসিনা
খুৎলাই ওইদুনা শাংলবা পুন্সিগী লম্বী অসি চৎনবগী
পথাপ অমা ওইনা শীজিন্নগদবনি। চৎলো-চঙঙো।,
অঙাংদু পীরম্মু – ( লৌবা-পীবা ) স্টট-কেশতুদ পুরবম্মু
কাম্নে, লৌথোকউচো চৎলো।

রজনি--( হৈনীংদনা চঙখিবা )

সরজু—( নোক্লুনা নাক য়েঙ্বা পম্লিবা অঙাংদা )—জয়ন্ত-কুমারি
নখোয়দি চাওরক্লগা মামাদোমা থম্মোয় পেৎকন্নুকো,
ইশাগী লৈজবা ঈপাঙ্গল ইরৌশিংবু থরায়গীদমক মকম
মতম চারক্লবকাওবদা লোৎশিন্দুনা থম্মোইদবনি। পাকুং
দাং-দাং কাপলুগে নখোয় চাওরম্মোকো। ( অনিমক্তা
চুপ্পীবা )—

রজনি—( ইমুংদগী স্টটকেশ পুদুনা থোক্লকপা )

সরজু—(হয়াওনা নোক্লুনা ) হাঃ হাঃ হাঃ অচুনিদনা নৈত্তৈচনু

হায়বীসিদি—করিগী তাংজদনা হঙ্গোইরবা নথৌনাবু অদুক চেৎনা লোৎশিন্দুনা থমগে খল্লমই।

রজনি—( শুটকেশতু থম্লগা সরজুদগী অঙাং অনিদু লৌই। )

সরজু— মামাগা নৈহৌরোকো। ( চুপ্পা অদুগা চণ্ডশিন্দুনা শুটকেশ লৌখৎলগা পি থামতুনা ) রজনি! ঐ ... মতম খরা চৎলুখিগে। নকোক ফাওবা চীক্তনা লৈরম্মুকো। ( নাম্বীবা )

রজনি—ইবুংঙো ... ... ... !! ( মখা তাবা ঙমদনা কপ্পা )

সরজু— রজনি ... ... ... !!

রজনি—ইবুঙো ... ( কপ্পা কপ্পা ফমথতুনা খুরম্বা )

সরজু— ফরে রজনি! ফরে !! ( য়ুম খুরম্বা ) "ইমা, নচাবু য়াইফ মঙ্গোল পীনবীরো, পোকপদগী ইমাগী নখাদা হিংজরক্লবনি; মতম চুপ্পদা নচা ননাইশিংবু নাওবোন-বিরম্মুকো ইমা!! ( হৌগতুনা ) রজনি! ঐ চৎ—লে —কো ... ... ।" ( চৎখিবা )

রজনি—ইবুঙো— !! ( কপতুনা থাঙহৌবা )

(মনুংদা ফাতুনা পুম্নবগী লাক্লবা মখোন তাহম্বা, ফিবুল নম্লবা ময়াদু কাথোক্তুনা সরজুনা রজনি কৌরকই।) "রজনি...।"

রজনি—ইবুংঙো!... ... ( উবা )

( অঙাংদু থম্লগা ফিংনা চেনগে তৌবদা মায়মোক্তগী গুলি অমা শুনদা কাপ্লকপগা লোয়ননা অরোনবা থুৎলাই

( নোংমৈ ) পায়বা লাম্মী অমা মুকতুনা চেনশিল্লকই। রজনিনা কিনা মথুৎ চৌক্তুনা কপ্পী।)

লাম্মী—লেঙগন্মু ! ঐনি মীহাৎপা হায়বদো ··· নং ঐবু কিদরা ? কদাই নংবু কনবীরমগে সনা, লুপা, পৈশা নংগী লৈজবা পীয়ু নংবু কনবীগে।

রজনি—( ভাব অমদগী )—করি হূরানবা ! য়েক্লবগী মায়োক্ত-গী নমায় থীহুনা নশাগী জিবিকা হিংনবা চেল্লক্লগা নশাগী ওইজবা অমুক থিরিবা—নং কনানো—?

লাম্মী -মৈতৈ সুপী ! চরাম্নরবা নোংশাগী মাঙদা লমহুই শাত্ৰবসু নীংথিনা হায়রিবঙ অসিদা য়াজহৌ, নত্ৰবদি ! (নোংমৈ উৎপা)

রজনি—সুপীমক ওইরবস্ত মৈতৈ চহুগী লিংজেন পকপীনি থঙঙু মীথিবোং ! হূরান-লানাদা ইচঙ থৌবদি নারক্ত লৈবা শা নখোয়গী নরমচৎলা—?

লাম্মী- হুম, হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ ···· ··· ( কলক পেম্না নোকপগা লোয়ননা থাঙ শত্তুনা রজনিগী পুকনোঙ্তা খঙহৌদনা থাঙনা থিল্লি।)

রজনি— ···· ··· । ( থুংনা থাঙখুন মেন্দুনা হাইথখিবা)

লাম্মী— (লীক-লৈ পূম্নমক কল্লক পেম্না পেম্না থদত্তুনা লোরবা মতুংদা )—“····হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ ···· । শা ···· শানা শারমদা লৈরম্বা চিঙ্গাক চাবতনি, শাগী লমচৎ নমিৎ থিৎনা য়েংজহৌরো হাঃ হা হাঃ হাঃ ···· !” ( মৈখেৎ

খেত্তুনা য়ুম মৈ থাবা অদুগা অমাং অনিমক পুদুনা চৎখিবা।)

(Light move and change. অরাবগী স্থরনা পুমনিল নিল্লি।)

রজনি—(জ্ঞান য়াওদনা তুরুবদগী ভপ্না ভপ্না হৌগৎলকুগা লেপ্পী; রা অমত্তা ভাঙদনা মৈদা ঐ তৈবা খুৎকী খুদোম্বীনা থিন্দুনা ভাব তাদনা, পিরোইননা, মুম্না য়েংই। ভাই-হাক পন্থরগা. মুক্তানা তরং অমা পোদুনা উপ্না উপ্না তুশিনব মথৈ কয়া চেনশিল্লকই।) •

মুক্তা— মাঙলে! মাঙলে!! ইপাগী ইবেম্মা রজনি! তৌরিবা মত্তৌ অসিদি করিনো—ও! (উপু থম্মগা) রজনি! ....

রজনি—(হায়গী মঙং করিমত্তা কায়দনা ১স্তুং রা অমত্তা ভাঙ-দনা লেপ্পী।)

মুক্তা— রজনি !!

রজনি—(কিভম হোংদনা অদুমক লৈ।)

মুক্তা—(চঙশিন্দুনা মখুৎ অনিদু স্তপ্নায় পায়শিল্লগা থম্মোয়দা কোন্দুনা)—"ইপাগী ইবেম্মা রজনি!!"

রজনি—(খংপ্রেক খংনা খব চাউনা খংচিং চিংথৎলগা অমুক্তং য়েংখৎলি।)—"ইমা—!" .... (খোন খোক্না কপত্তুনা মুক্তাগী খবাতল ভাথৈ।

মুক্তা—(কপ্পা কপ্পা মকোক বায়রী।)—রজনি! ইপাগী ইবেম্মা

লাইবক থীবী, ইপাবু করি ওইরশিগেনে ইবেম্মা !!
ও··· !! (কোন্দুনা ভাইহাক কপমিন্নরগা চংথোক্লকুনা)

রজনি– বাবা !! বাবানা পোকপীবগী লমন্দী নচানা মপোক খুদিংগী শিংবা ভল্লরাইনে বাবা !! পুন্সি অসিমক্তগী নত্তে মপোক মপোক খুদিংগী বাবাগী লমনদি পুশিন্দুনতা লৈরগদবনিনে বাবা। অডুবু বাবা !! তাংজবী নচানী মপোক্লি থন্দুনা নচাগী থম্মোয়দা চাক্লিবা মৈচাক অসিগী চঙজকমদি পীবিররোদ্রইনে বাবা !! তাকপীয়্য, তাকপীয়ুনে, ঐগী ইচা জয়ন্ত-কুমারি অনিবু মফম কদাইদা চংলগা মীওই কনাদা হংলগা ফংগদগেনে বাবা !!

মুক্তা– সুপীমচা !! বাবাসু হায়কম খঙব্রে! বাবাসু হায়কম খঙব্রে! মমল য়াম্বা, মপু য়াম্বা, লনথুমদা নত্তনা নশাগী অশেংবা নরনফাওবা মফম খঙদনা মাঙখ্রবদা, মপু লৈত্রবা য়ুম অসি ৎমকন্নরুবগী করি কান্নরুগনি। কল্লরোই, কল্লরোই মনীং তৌনা নোংমদোন খেৎনা, নোংথক লান্না চাকখ্রসনু-চাকখ্রসনু !! ও-ইপুগী জয়ন্ত-কুমারি !! জয়ন্ত-কুমারি !! জয়ন্ত-কুমারি······ ······· !!

( কপ্প ২ কৌনা ২ মায়কৈ খঙদনা চংখিবা )

রজনি– বাবা! নহাকসু নচাগী অবাবদা কল্লক পেমদুনা চংলবরনে বাবা····ও !! · ·· সংসারসিদা ঐগীনি হায়বা কনা লৈরি কনা-লৈরি, ও! জয়ন্ত-কুমারি !!

( জ্ঞান য়াওদনা তুথখি )

**Back sound :—**

"উম, ঐনা মফম অসিদা কুইনা শাংনা পম্ছরগা ঐনা ঐগী মৈচাক মুৎথৎপা ঙমগদবা নত্তে !!
হৌগৎলো থম্মোয় !! লমজিংবীয় রাখল !! পাত্তা কূমদ্রুনা য়েংগনি ইচাবু— চীংদা কাদ্রুনা থিগনি ইচাবু !!
.........মমা ঐগী অয়া' মৈচাক অসি য়েংঙমত্রত্তুনা চোং-থোকলকনি ইচা জয়ন্ত-কুমারি অনিমক—— !!"
( অঙাওবীগুম ত্তান ভাদনা লাউদ্রুনা হৌগৎলকই। )
—ঙাইরমখো !! ইমাগী জয়ন্ত-কুমারি ! ইমাবু ঙাইরমখো, ইমাবু ঙাইরমখোনে জয়ন্ত-কুমারি ! বাবাদা করি খুম্মুগে হায়রমখোনে ইমাগী মনি..........!!
( কপ্পা ২ জয়ন্ত-কুমারিবু কৌর-কৌরদ্রুনা ওয়-তৈনবা মায়কৈদা চৎখি। )

**—LIGHT OFF—**

## ৯বা শরুক

## ২শুবা উৎপা

মফম :— লম্বী। মতম :— অয়ুক অথেঙবা

[ পাখং কারয়বা "জয়," রাজেন অমসুং নন্দ-না লৈশাবী কারয়বা "কুমারি" অমদি থম্বালবু ভাম ভামদ্রুনা অবের তৈন-তৈন চেনশিনমিয়রকই। মখোয়'নিমক ফিজীনা

মমায়দগী আবের কপ্থোক-কপ্থোক্লগা নোক্ল-নোক্লা চঙ-
শিল্লকই ]

কুমারি—সে! খম্বাল নংশিমা তনখরে, ঐনা ঙসাইনা খোকুমসি
হায়বদুদা য়ারবদি সি খোকদ্রা? পাবুংগী মমাঙদা করম
হায়না চঙগনি।

খম্বাল—ইবেম্মা! সিবু ঐনরনে? নখোয়গী পাবুংস্থু য়াওশংনিনা

রাজেন- মিস্তর নন্দ, ঐগীদবু শোক্লবদি কস্তে হায়নজুসি।

নন্দ— কৈনো ভাই, য়াওশংনিনা.........অদুদি হায়রুস্থু ঐখোয়'
মামনা মমিৎ নোইরিজৈদা ইনেফাওবা নমদৈ তৈরম-
লিবনি।

কুমারি - কৈমা! --( খম্বালগা ইয়রগা নোকমিন্নৈ। জয়, প্রপ্ প্রপ্
চেনশিল্লকপদা কুমারিগা মিৎ খংচান চান্নৈ। মখোয়
ঙনিমক অমনা অমবু খোঙদগী মায় ফাওবা অর্থ লৈনা
য়েংনৈ। খুৎ আবের পায়রি হায়বা খঙহল্লগা কুমারিগী
মনাক্ত য়া হায়নীংবা মায়া জয়না চঙশিল্লকই। কুমারিস্থু
( চঙশিল্লকইবদুদা ইকায়বা পীবা ওইনা মুয়া য়েংঙম্মগা
য়াম্না লেমখোক্লা খজিক্তং লৈখোকই। জয়স্থ, ইকায়দুনা
কনা কনা উগ্রবগে কায়না য়েংখোক্লকপদা খম্বালনা
নোকনীংবা খাঙঙম্বদু উবদা খংপ্রেক খংনা নোম্নৈ। খুৎ
জিংখোক্লগা আবের'দুদা য়েংলগা কুমারিদা অমুক য়েংই,
মদুদস্থু খম্বালগা মায়মোক্লরুদুনা য়েংদবা শাশিন্নৈ)

জয়—"Everybody good bye! ঐ অখাইদা লৈরমগে।"

( প্রপ্ প্রপ চৎখি )

নন্দ—এ! ক—ক—কৈদৌনরগে—?

( চৎথ্রিবা জয় অমসুং কুমারি নন্তুন' ময়াম নোকই। )

কুমারি—( ইকাই খাং ওইনা )··· অপঙব মপান থোকঅখিবা ··।

নন্দ—অপঙ মপান থোকপসে, চেকশিনবিয়ু্কো সত্য মনিং মমাং চাগনখ্রবনি মপানথোংদনা মপান থোকখ্রগা মপুংলোমদা য়ুগনখ্রবা হায়বা ···।

( পূম্না অমুকশু নোকমিন্নে। )

রাজেন—( খম্বালদা ) final ওইনা খজিক্কুং নমগেবা?

খম্বাল - ( খরা চৎথোক্লগা ) মাই—নীংথিনসু তৈবীদনা! খজাই-গাসি পঙনোইদা-নোইবদা শাবনা·······।

রাজেন—অদুদি অনৌবা আশাগা লোয়ননা পায়শিল্লরিবা আবের-সি অরেম্বা তা'রনে ··? সে—, পাম্মজরিবা খজাইদু নোইবিররোইনে—

খম্বাল—অদুদি ঐ হায়া তৈগেদনা ( পুক্লোপ্তগী পাউদর উপু লোথোকই )

রাজেন—তৈজোও ঐখোয়দি, খজাই নাম্মা ফক্কোক্লুনা পুগেসু পুজখো, তৌবত্তদি ঈয়াইদা পোল্লিবা খম্বালদা ঈশিং অমুক চাইরুগদবা নত্তে হায়বা অসিমত্তদি কাউনমুসি।

খম্বাল - হোই, মতাংদুদদি খোইমুসু লৈরাংগী, লৈহৌসু খোইমুগী, হায়দুনা নুংগী থম্মোয় পান্দুনসু লৈরাংগী মপোক ওইবনা

হৌনবী, চঙজকম পীজবা ভারেদনা — ...তৈরগেকো।

রাজেন—লৈরাংগীনে ... ....।

[ হায়না নোস্থরকই, থম্বালস্থ মমারদা তৈখকনী হেন্দোক্তুনা মকোককাওবা কলক মিহোবগুম সুরু সুরু নোইদুনা তৈশীল্লি। ]

নন্দ— ময়েকীদি লাম্বা লাম্বাঙ্গিসে ... ... ।

কুমারি— ... .. সুংঙাইবিরো! ঐগীদি ....? ( চেম্মোকখিবা)

রাজেন — "নন্দ — ?"

নন্দ — Yes alone ! খালি! খালি ... .... !"

রাজেন—মিষ্টর! সুপীনা ঙমহনবা হৌনদেদা—

নন্দ — য়েংচরোই-য়েংচয়োই ... ... ( চেনখিবা )

রাজেন—( মথন্তা শোক্সবা ) অঙকপা নন্দনিকো ... ...।

( হায়রম্লগা থম্বালজোমদা ঙনশিল্লকপা )

থম্বাল—সুংঙাইবরা ? অদুনিদো ঐখোয়স্থ— ।

রাজেন—এ! নখোয়স্থ অশুকপু সুংঙাইরবদি খোইনা কায়দেনা—; কদায় ঐগী শরুক অমুক পীরো।

থম্বাল—অস্ ... ঙসাই'খৈ ঐঙোন্দা তৈশিদুদি— ?

রাজেন—এ! অদুদা শরুহনগদৌরিবা, সুংঙাইদা শকহেন্বী।

থম্বাল — উম, পকস্থ.পক্তনা .... ...

রাজেন—পল্লবা তৈয়ুদনা।

থম্বাল—[ নোককেৎ তৌগনা ] অ-হ — সুংলিবা— sense differ ওইবগে, অদু হায়বস্থ নত্তনা।

রাজেন—হোইনে-হে.ইনে, ফজরা শক্তী মপু ওইবা হায়বসিদি খরস্থ কাওখৎপা দরকারনিনে।
খম্বাল—মবুক ফরবা হৌরুকুইনে, .... নংবুদি ফজবা খল্লিডৈদা ভৌকলুগদৌপ্পোৎনিদ্বা।
রাজেন—অথীবনা ফজরবী মপু ওইববুদি কপ্পাইদগী যারগদগেদো। চপী চাম্মা তোপ তৌদ্রুনস্থ ঐখোয়বুদ্ধি আশাজা ও তাদ্রুনা ভৌকলদোপ্পোৎনিদা।
খম্বাল—চুগদবা মচুবা মরৈ মুন্না চুম্রবদবু শঙগদবা পোত্তুনা চেম্মুনা য়াগদ্রনে ?
রাজেন—অতুবু ওইরবদি Good luck হায়রিসিনি। খবরদগকাস্থ অমম্মা মনি থুল্লে হায়না লাউথোকনিয়ে।
[ মখোয় অনিমক পুন্না নোকমিয়ে ] "হা: হা: হা: হা:...."
খম্বাল—...লাউদি লাউথোকউন্থ, লুট লাকচন্নি।
রাজেন— ও- মপু নীংবা লন ওইগদৌরি' জাৎনিনা ?
খম্বাল—হারৌবিবা য়াদে অতুক্লাওবদি চিনফা পুহল্লরে।
রাজেন—Good luck। পুহনবিবিবা চিনফা অসি থী-জ নবা অপুনবা য়তম অমত্থ পীবিরকখিবি খঞ্জে।
খম্বাল—মতুনা ঐগী Good luck নি ... ...।
[ অমুক্তং য়েংঙম্মগা নোকফেৎ তৌদুনা য়োয়খি।]
রাজেন—ফল তারিডৈদা লেপ্লসি।
খম্বাল —রা অমত্ত হংজ্রহৌগে ?
রাজেন—অমত্ত নত্ত্রবস্থ য়াম্না হেক্তা হংবিয়ু কৈন্নৌফগে।

থম্বাল "জয়" হায়রব্রা কৈনো, হৌজিক কুমারিগী মিতা তৌন-
খিবদুবু কদাইদগীনো ?

রাজেন্ - মীগী রাদু তোকথোকসিদা ...

থম্বাল—হৈমা ! মন্তা অমনিনে,' খঙজনীংঙুনা তৌবনি কৈদৌবগে ।

রাজেন্ - হুম্ রামাণ্ড যাত্রাহৌবগী রানি মীসে লুরিয়ে, রারী লৌবমখৈ
লৌরগা কীরিবা মীদুবু কাউথোক্লম্মগা রারিদুদা য়াওরিবা
রাম্ সীতা হেক ওইনীংবা য়াওই । .... হোয় মীগীনা
মীনী ওইখ্রে, ঐখোয়গীদি কাউনদ্রগ লোইরেকো ।
অদুগা ঐনা জয়গী মরমদা অশেংবা হায়দোক্লকপগুম্বা
নহাক্লস্থ কুমারিগী মরমদা অখঙবমখৈ হায়বা তাই,
নৈতুম্ অমত্তনা উচেক অনি পালকনবা হায়বদুগী খুদম
ওইনা মখোয় 'নিস্থ মায়কৈ 'সোমদা পুশিন্নবা .... ।

থম্বাল—( য়াম্না নোক্নীংনা ) ও ! ও ! খঙবিনী বোইরে ।

রাজেন- এঃ করি রানো ?

থম্বাল— কুমারিদি ঐখোয়' ইমান্নবীশিংমী মরক্তগী য়াম্ন রানা
নৈ হায়বা য়াই, মরমদি মখোয় ইমুংদা চুপী হায়ববু
মত্তোমত্তনি অদুনা ইমুংগী অকুপ্-অতা' ভার পুম্নমক
মহাক্নী মথক্তা নৈ, মদুগী মরক্তা লাইরিক্লস্থ মীকোক
থোংনবা কয়া হোৎনৈ ।

রাজেন—Mother দি নৈখিগ্রবরা ?

থম্বাল—অশেংবদি খঙজদ্রে, ঐখোয় মখোয় লেপ্পা ওইনা হৌমিন্নরক-
পনি, ঐখোয়না ভার ভারকপদা অদুম্ নৈরমদ্রে । মখোয়গী

ইবোক হনুবী অমা লৈরমই মগুদা মহাক্লা "ইমা ইমা" হায়না কৌরমই অদুবু লৌজিক্তি হনুবীগুস্থ লৈখিদ্রে। ঐখোয়না অহলশিংদা হংবদা কুমারিসে, হৌজিক লৈরিবা মখোয়গী পাবুংগী পোকচবী নত্তে অয়োকপীনি হায়নস্থ অয়োনবা ওইনা ঙাঙনৈ।

রাজেন—"জয়"গা মখোয় অনিদি য়াম্নবু চুনরি, মহাকস্থ মুপী-মুপা শূপ্না ইমুংগী ভার পূম্বা পুরিবনি; মহাকীস্থ কুমারিগা য়ামবা অয়োনবা য়াগী লৈ। ওয়েষ্ট পুলিশ ষ্টেসন-দা পুরিবা O. C. দু মখোয়গী পাবুংনি। অদুগনে থম্বাল। মুংশিনবা হায়বসে—ভিংখং মুরবদি ভিংখং অমনা হল্লু হায়নবগুম্না চৎথরিবা প্রেমিক-প্রেমিকা অদুগীদা নত্তনা অহোপ্পশিংগী মত্তৌবুস্থ য়ারীনয়গা মুংশি' ময়া চেৎশিনবা হেল্লি হায়নৈ—মদুদদী অয়ানবা তাহন্‌গুম্‌সিকো।

থম্বাল—(নোম্ফুদুনা নোক্লীংবা থাঙই।)

রাজেন—নত্তেয়ে, ঐদিনে য়াঙাঙ য়াতা ইপৌ পৌবা জাৎনি, থোকউ থোকউবা অচম্বা থম্মোয়গী য়া-ঙাক্তা পাওথুম-থুমই; পঙাঙ ঙাঙডি হায়জরিবা ... ...।

থম্বাল—অদুনা হেন্না পামজৈরে তামো—

রাজেন—অতৈ থঙদে নংনা পাম্বদুদনি ঐনা পাম্বস্থ ... ...।

থম্বাল—(য়াতোন খজিক্কং উত্তুনা নোকই) "অ হ ...।"

রাজেন—থম্বাল।—মুপী হায়বসি য়াম্না লুবনিকো। সমাজ হায়বা অসিদি ওম্ফোক্লা মমিৎ য়ামখ্রে মদুগী মস্থংদা চাম্বী

চাংদা মারিকুত্তরাদি মীনী অশোয়বা অথীবতা য়েংগদবগী হোৎনরিবনি, মচুগী ময়ক্তা অকবা পুল্সি অমা ওইবা হায়বসি অরায়বা নত্তে। মুপী ওইবীশিংগী পুল্সিনা খ্বাইদগী হেন্না খুদোং থীনিংঙাই ওই হায়নৈ।

থম্বাল অচুম্বনি তামো, ( চৎপা হৌই। )

রাজেন ঐগী রাদি শিনহু শিদংবা চৈশু-মু তেক্কনবা হোৎনবা পাম্মি।

থম্ব ল— মরী চৎপা কাঙবুনা মনাক নকপা উপান্দা য়েৎচরগা সমাজগী মিংয়েং থাক্তজবগুম তামোখোয়গী মফমদা চঙজ-রগা হিংজবা হায়বদুনি।

রাজেন- ( ওংশিল্লগা ) "থম্বাল!"

থম্বাল— "তামো— " ( লাম্না য়েঙন্দ্রগা নোঙ্খি। ) ( তাপ্তা অসিদা মনুংদগী মী অনি পুম্না নোকমিন্নবগী খোঞ্জেল তায়। খোঞ্জেল অসি হেক তাবগা মখোয় অনিমক চপ্ মান্নবা য়েংদোক্লে ১ চুং বরম তৌনি হায়বগী মিংয়েংনা মমিৎ চানৈ অতুদগী কয়রদুনা চেম্ব্রোকমিনখি। ওয় তৈনবা মায়কৈদগী O. C. মাঘজিৎনা M. L. A. প্রকাশবা মুংঙাইনা রারী শারদুনা লাকই। মখোয় অনিমক সিভিল্ ড্রেস-ঙাক্তনি।)

প্রকাশ- হা হা হা.........অমহানি কৈদৌই হায়বগে O. C. সাহেব !,- কন্দী রানা করম্বনো- মুমগী— রানা করম্বনো

চপ্ মায়বডাক্লিদা। —ইবুংঙোমা মহান হৌদোক্লকপা ব্রাকথ অচুদি ইয়াথনা হেমা পাম্মী।

মাঘজিং—হা হা হ ... ... —ভাইঙো ... ... ...।

প্রকাশ—আশা! নহাক্কী "জয়সিংহগী হার্থডে সেলেব্রেশন্দা" ঐহাক্কী 'কুমারী' শোয়দনা পূবকনি অঙাং মপেন শকথঙনহল্লবা মতুংদা মপা অনি আপাগু মংথায়ী থম্মোয়গা মথি তাংনবদি লায়রেদনা ?

মাঘজিৎ—অশেংবনি ভাইঙো।... ... ... ... অদুবু ভাই'ঙোগী নক্ষমদা মনাওনা খঙহেঙনীংবদি-ঐগী অচাং অসি মওং অমনি; হায়বনি অদুম মাগীদমক্তা পূম্বিগী ওইনা থবক থোরাংনচিংবা অসিদ হায়া নহ্রদা মতম থরা ভাই-নবগী থরক্তা মানা কানশিল্লুরিবা হিয়ম অদুবু অচেক অকায় থোকখিহ্রনা মঙোন্দা অপুতাপ্ ওইহৌগনি খঙ্ঙ-মদদা "পাবুং! চংনবীবু থোরাংবীরুগনু, কংবা মতমদা কংবা হায়বহ্রনি" হায়দোকইপোংনি।

প্রকাস—এঃ অচুগীদমক্তদি করি'মত্তা লাঙতক্করুগনু ঐনা লেপ্লীবা. ঐনা হায়রিবসিন, অরেপ্পনি। (পুৱা নোকখিহ্রনা চংখিবা))।

**Light off.**

---

অহানবা শরুক

## ৩বা উৎপা

মফম—কুমারিখোয়গী লৈকোল        মতম—সুমিদাংবাই।

[খুংশেমগী থম থেংনা কজরবা লৈকোল্লি। মফম চানা চানা অশংবা, অমুনবা, অপোম্বা ১সুং শাৎকায়রবা হৈরাং-লৈরাংগী পাম্বীনা কুণ্ডনা হৌরি ১সুং চোইনা শাৎলি। থম্বালনা কুমারীবা পাউতম্নীংবগী লাওতরুবা অমগা লোয়ননা চওশিল্লকই।]

থম্বাল—"কুমারি। কুমারি।" ....

কুমারি—(চেম্বোক্লকপা) থম্বাল! .... করিগীনো অদুক য়াম্না ফিংঙকইবদি? কনাসু লৈবা নত্তে চওলকপ য়াত্রাও! লাও চা থকলুখিসি।

থম্বাল ইবেম্মা! চওলকপা কান্দা চওলিদুদি—; পাউ অমা হায়রিগে তৌবনি, পাবুং লৈরমগী'না চওলক্লুবনি।

কুমারি—করি পাউনোনে?

থম্বাল—ঙাক্লা মথেনগী পাউনে।

কুমারি—(নোক্তুনা) হাঃ হাঃ হাঃ অদুদা ভাইয়ে।

থম্বাল—অওইবনি ঙরাং মেট্রিক পরিক্ষাগী রিজল্ট আউট ওইরে।

কুমারি—(থরাও'তুজুংননা) "থম্বাল!" ...

থম্বাল—অশেঙবনি কুমারি, অদুগনে কুমারি ঙরাং রেডিওদা লাউথোক্লকপা অদুগী শায়রকরবদি কংনা চাক চরা অমদি কৌবা য়াবক্লাৎনি।

কুমারি—মরমদি—?

থম্বাল—মরম হায়বদু গৌহাটি University দা মনিপুর, মচানা মকোক ওইরেম্মে।

কুমারি—অদুগীদি নংনসু য়াইনা

থম্বাল—য়াই। অদুদা মনা-না হৈমাং শাবদি য়ারকওইদবা ....।

কুমারি—থম্বাল। নংসিমা মুংঙাইখিত্রে, মীশক্তবু কনানো ?

থম্বাল—কনা ওইগদগে, মগুন ময়েং তাথিনি হায়দুনা নবুক্লিংদা লোৎলিবা "জয়" নিদনা।

কুমারি—"জয়!" .... (য়াম্না মুংঙাইনা থঙগৌদনা লাউথোকখিবদুদ ইকায়রক্তনা) -- "মা ফাওরগা কৈদৌরবা ?"

থম্বাল—হোয়নে হোয়নে ... (য়াম্না নোক্লীংনা) ... ইকায়রুম্মুদা।

কুমারি—থম্বাল! নংসিমা ... ....।

থম্বাল—ঈ — নং মুংশিদে'না Promise তৌদনা ?

কুমারি—( নোক্লিংলকপগা লোয়ননা ) মুংশিদেনে।

থম্বাল—Sure ?

কুমারি—(তাইনফম ওইনা মত্তো তম্বা) ই এ এ ....। (শুগৎলি)

থম্বাল—(লক্লে) ইএএ ... ...।

কুমারি—ঙাওশিন্নমু থম্বাল নংগী শরুক্তসু শোয়দবনি .... ....।

থম্বাল—কোয়, মঙাংদুদদি খৌরাংলম্বা কোকিলগী মুরসু বসন্তা লাক্লবনিনা খোংলক্লনিদনা ?

কুমারি—অদুগীবুদি রাকচিংদা তাবা লিক্লাবু উন্ হায়না কৌনরিদবা — ।

নংনা হায়বা গুম্মোইয়ে। বা হায়বৰু কুমারি! নখোয়' পাবুংখোয়স্থ খগুব্রবনি।

কুমারি—( গুক্কা ) খম্বাল ... ... !

খম্বাল—অগেংবনি, গুয়াং ঐখোয়না লখীদা লৈরিষৈদা নখোয়' পাবুংগা মখোয়' পাবুংগা য়াম্বা চ্যেকশিম্মা বামী শানজুনা লাকই : নখোয়' পাবুং' মমাগুদা ঐখোয়স্থ ইকায়জুনা উরু-রু লৈজুনা লোৎলি। চুম্নগী বামাও য়ানবদা নত্তে, য়াম্বা থুনা হোগুনবগী বা হায়নখি।

নন্দ—(প্রেপ্ প্রেপ্ চগুশিল্লকই, মখোয়গী মছৌ উবদা ইগুহাক লেপ্পী অজুগা খৌদেয়কই )—'গুসিদি ইমিৎনা উনা, ইশাগা হাক-থেংননা হেলোই গুরুরেদনা।'

কুমারি + খম্বাল—( নোকমিন্নবা )—হা... হা...হা... ।

নন্দ—ও! খম্বাল, নখোয় পরিক্ষাগী ফল্ খগুলবরা?

খম্বাল—হায়দোকপ্রে হায়বদি তাজরে Particular result তি খগুব্রি— ।

নন্দ—মায়খোংদা চিংনবগী মম্বি অমত্তা তাবা উদে, শোয়দনা মায়-পাকনিদা—। এ! মমিং তাকউ য়ামবসিহ্ গাওরম্মীদনা।

কুমারি—( নোক্ক নোক্কা ) কম্বিনো ঐগী মিং অদুবু য়াম্বা খগুবি-নীংলিবরু—?

নন্দ - সুপী গুইবীশিংনা অদুম্বা শকখগু মায়খগুনবনচিংবদা মমিংবু মমল য়াম্বা শাইহনৈ অদুগা মখোয়দা তোপতোপ্পা গুণ

অমসু, মদুনা তঙাইকদনা পী হায়বা ঐখুক্ষুভৈ অদুসু সোমগী অসিদি থমসু হেন্নি অদুগা পুক্লিংবা চিংনবসু পোক্তবা ওয়দে।

কুমারি—চিংনবা হায়বসে লঙজবা নৈরবদা পুক্লিংদা কাওবা—পুক্লিংগী ঊথিয়ে।... ... থোক্লত্রিবা অশেংবনি।

নন্দ—হুম্—, শেমগৎচরক্লিবা আশাগী লম্বীদা শকথঙ-মায়থঙবা মরুপ মপাং মশীং য়ামথৎলক্লবনি অকায়বা য়াওরকনি হায়দুনা মিং তাকউদু হায়বা প্রাইভেট ওর্দর অমা কং-লমানে হায়না চিংনজরুবগী বানি। ‹

কুমারি - হৈমা! অদুমক্তি নৈজত্রিদা—

নন্দ—এঃ তাকথোপীয়কসু—ঐনা হেয়া কিজে Love document দা ৭৪ই থায়মগনি, মদুগী দোষ পূক্তবা ওমজরোই।

কুমারি—থঙজিনবিমনবনা হেন্নক্লবদি তঙাইফদবনি—।,

নন্দ—এঃ এঃ মদুমগুদি—please কৃপা তৌবিয়ু।

( মতম অসিদা রাজেন-না জয়-বু মখাংদা কোন্নগা থাজৎ-তুনা হরাওনা লাউরদুনা চেন্শিল্লকই। 'জয়'-না পরিকাগী কল য়াওবা—থবর অমা পায়ক্লকই )।

রাজেন—বা।...... মণিপুর মচানা মকোক ওইয়ে, মণিপুর মচানা মকোক ওইয়ে ......)।

( জয়না নোকপনে মানা লাউবনে পুন্নাত শাকই )

( জয় থম্নগা ) নন্দ। ওঃ থম্বাল। যেংঙো ঐথোরমী

জয়—ইখুৎ লাম্থোক্লগা মীখুৎ লাম্থোক্লকই হায়'দুনি, মতিক হেক চায়।

রাজেন—(নে'ক্লগা)······ হুম, মিষ্টর জয়, সুনীবু কৈস্থ লৈতনা খনবিরম্নু, অতভাই ভারিবা, নখোয়-এখোয়দি হায়রুপ্নু। তাইবংপান পুম্বা মথক মথা ওনবা হুন্বজাংনি।

নন্দ —শোয়রোই নোংমদি, খুদোম্বীনা অমুক্তং লৈরকপদা—, মৈরিদা ভাওরবা মৈয়ানবিগুম্ মীগী খুজিন্ নাচুংদনা অমুক্তং চেংশিনব হায়বদুদি শোয়দ্রবজাংনি ······মতং অংদ'ন, সুশীনা সুপাগী মহিৎ তকপি— তকপি হায়নরিবসে, চোকশিনবিয়ুকো।

রা'জেন-(খবর য়েংজন্দগী করিগুম্বা অমা খংথেং থেংনরকপা) 'এ! গোল্ডেন চান্স—গোল্ডেন চান্স। য়েংউ—য়েংউ (পাবা,—ময়াম্না কোয়োম য়োমশিন্নৈ)—"খঙহল্লবা, লাক্লিবা আগষ্ট থাগী তাং ১৩ দগী হৌরদুনা তাং ১৫ ভারত মীংতম নীংশিং সুমিৎ ফাওবা অরাং নোংপোক ভারতকী রাজ্যশিংগী অপূনবা **Cultural meet** অমা শিলংদা হাংদোকনি, অসিনা মরম ওইদুনা **S.E.M.A.** **Association** গী **Secy. L. Jai Singh** বু **All Manipur Drama Collator** না খোয়ম অসিদা য়াওনলবগী মরিদা বা তান্নবগীদমক কৌরি।

ইতিঃ—

**All Manipur Drama Collator.**

অয়াম—( খুবাক খুত্না হয়াউনবা )··· ···

নন্দ —[ প্রপপ্রপ চঙশিল্লুরগা খবরহু লৌই অদুগা পাই— ]

'All Manipur Drama Collator !'

[ হায়িরম্মগা থাজবুনা চুপ্পা ]।

---

LIGHT OF

# অহানবা শরুক

## ৪শুবা উৎপা

মফম—লম্বী। মতম—নুংথিল।

কুমারি—( কনাগুম্বা অমবু যাম্না খোৱাংনা ঙাইবগী মওংদা তুং-
মাঙ অমম্তুং য়েংলোম্-ওইরোম হূনা হূনা য়েংই অদুগা
শকক্ষম্ হনজিন্দুনা চপ্ লেপ্লগা রাখল খঙ্গুরকপগুম
তৌই।) "অঙকপনি নুংশিবা হায়বা নংাক অসে
ইনাক্তা লৈরিঙৈদা ইকায়খিবনা করিনুংগীনো। খলহল্লি
অদুগা লাপথোকখ্রবম্ব নহাক্তী লমন্ তোল্লিবোইদা
মথল্লি। মসিবু নুপী ওইবী, থম্মোই শোনবী ঐখোয়গী
হৌনশায়া? নত্রগা নুংশিবগীদমক্ করি যাত্রুনো? ......
ঙম্লোই ঙম্লোই, ঐনা নুংশিবগীদমক্তা ব হৈ অমদা', অহুম-
লক্কী তাঙ্গ, শুমহৎপা ঙম্বা উকিল অম' ওইত্তনস্তু ঐগী
পূক্নিংগী নুংশিবগী পরিচয়দ'দ ময়াম্ন চম্না কৈদৌনুংদসু
কোঙদোকপা হৈররোই।"

( খরা চেম্থোক্লগা অকোয়বদা যী হাইকেং য়েংঙগা য়েপ-
লম্বা চিঠি অমা পুথোক্লুনা পাই —। )

চিঠি :— **My beloved sister !**

ঐদি থুং যাম্না থী, খোইনৌলক্তা তিল্লগা নোকপদ্রি
নোক্লবিনুকো। হায়জনীংবা য়ানা লিয়োম-শা, হৈজবনা
অরাংপদা ওই, কোঙদোকচখিব্রা থবনে অঙাওবগী

চোইরোম্নি থনবিন্নুকো। অহাঙবা মকম্‌দা লম্‌জিঙবিবা, অচৌকপা মতমদা পাউদম্বীবা নিঙোল্‌গী করি লাই-রানো? মোমোন্‌ নোকপা মীনোক্না মুংশি শৈশক তম্বীবা, অমুক্‌ লোংশিন্দুনা থম্লিবা, তাংজদনা হঙ্গোইবা মতৌতনা হেন্ন-থোইনা অহোক্নখ্রে মুংশি নংগী ঈচেলদি। —মমাঙগী পুন্সি তাংলোদা ঈতুংজকম্‌ লৈতনা কঙাঙ-নজবা থম্মোয় অসি sister বু উরুবা মুমিত্তুগী লাইজনা ঈতুংকম্‌ ফংখবগুম্‌ নদুংগী থম্মোয়দা পন্থ্রগী মঙাম্না মৃত্তি ওইনা ফংজবগুম্‌ থোকখরে; sister করি থন-বিবগে? এবু লাম্না লোবিগন্নু।

**N. B.** চিঠি পুখিবা তহল্‌ তত্ন এগী হন্দক্‌ লৈবা চপ্রাসিন মঙোন্দা বা লোৎনবগী আশা থম্বীরুম্নু এদি চৈশূ ওইনা লোয়নরক্লগদবা মীনি। (জয়গী ফোটো অমম্নু পুথোক্লক্লগা মুন্না য়েংঙুনা হায়রকহ)—'অপঙ্‌। নংগী চপ্রাসিগবম্নু থমজরবা, পঙঙিবা থুপঙ্‌ অদুগা.....। (মতম্‌ অসিদা Air Bag কুম্বা শউমগী Bag অমা পায়রতুনা 'জয়' মশা নাল্লপ্‌ লাকই। মহাক থেংনবা অমম্নুং অকোনবগী রা হাইফেৎ তাংৗবগুম্‌ তৌতুনা চপ্‌ লেপ্পী। মহাক্না শুকৃথঙ থঙদনা মথা চৎথরকপত্নদদি মানা উদনবা উরু-রু লৈদুনা রা তাম।)

কুমারি—(ফোটোদা) এনা ভাইঙমদনা খাঙলগা নংগী পেন্নকম্‌ ওইরিবরাও? চুম্মি, নংদি হয়াওই, এনা ভাওরগা নংনা

খোইনা চানবিরগুম্ তৌই। ঐনা নৌরুগা মংনা কয়ী.
ঐনা কপলগা নংনা নোকই— সে, হায়রো—, ভসিদি অয়েম্বা অমা হায়ক্লৌ নক্রবদি এশমসে শিং মান্না ফোয়দংকদবনি।

( লোংলিবা ঝয়না মকোক ভাপ্ পায়শিন্দুনা কোইমা মাই। )

কুমারি—সে হায়রোবা—মচিনসি ভাপ্ হেক্ কোইদংপরু—।
( জয়সু মচিন্ ভাপ্ পায়শিল্লে )।

কুমারি—তশেংনমক্ মুপী ওইবীশিংগী পূন্সি অসি খুদোংঙীবা হায়বা থৌদোক্ অদুনা মশক্ নাইবা পোংশক্ ওইনা থোক্লকপগুম্বনি। পুক্লিংগী রাখল্ কয়া ফোঙদক্লবগী মচাক্লা থশ্বোয় অসি চোয়া লৈরবস্থু মত্তুবু হায়জংবগী পাঅল্ পীবিরমুদে অদুগা লৈরবস্থু মত্তুবু শীজিন্নবগী মতম অমুক ফংহন্দে। ঐগী থম্মোয়গী প্রেম্ অসি ফোঙ-দোক্পা হৈতবননি হায়না তেঙবাংবিদুনা মা ঐগী মুংশিবগী চাং অসি হেনগংলনবা মী অমত্তা থোক্লরুবদি লুংঙাইনিকো—।

জয়—( থৌদেয়গা )—ভসিদি ইথোঙ থোংনা তেংবাংজরগে থম্মুনা ..........।

কুমারি—( খাই লাউনা ) হৈক্ষা।... —মৌবিরকপা কয়া কুইবি-রবগে ? অচঙবগী মরা ভাঙনগন্থু হায়বত্রু প্রণাম মক্রেদনা—

জয়— য়াহৈ য়াহৈনা পুরে— রাযম্ অদুদদি খোইমা কায়দে হায়জরিবা।

কুমারি— এদি, ওঙ্গোয়া ইকায়জখে— ( পায়রম্বশিংদু লোৎশিনবা হোৎনৈ। )

জয়— য়েংঙোই কুমারি। পৃথিবী অসিদা লৈরিবা কৈ-শিংলবা সাইন্টিষ্টশিংনা ভাবনা লাম্বা কংদ্রবা পোৎ কয়া পুথোকতুনা মীওইব' পুন্সিবু নোংয়দগী নোংমা চোম্থনা পুন্সিহনবা ওয়ই। অদুগা অনৌবা খুৎয়েং-চাংয়েং কয়ানা মিৎনা উবা লাইনি খয়রম্বা থা, করিনো হায়বা খঙনখে ; অদুবু জ্ঞান সাগর ওইরবা মীওইশিং অসিনা মী অমগী মবুক মনুংদা খল্লিবা পুক্লিং, বাখল, অমদি মহাকী আশা অদুবু উবা ঙম্বা X-ray দি কৈদৌনুংদসু পুথোকপা ঙমগনি নিঙদে।

কুমারি— মিৎনা উবা লাইনি খয়রম্বা থা-না করিস্ ওইরমদবগুম্ করিগুম্বা পুথোক্লক্লবদি—?

জয়— হোই, মতম্ অদুদদি নহাকী ফোংদোকপা ঙমজিবা বাখল অদু কনাগুম্বনা ( মশাদা থুদোম্বীনা, থিঙ্গনদুনা ) লায়না উবা ফংলনিদনা।

কুমারি— অওইবমক সঙ্গিত, নাটক, কলাবিদ্যা অমদি লাইরিকলাইগু হম্বদা মশাগী চাং খঙনবগীদমক্ ৬শুবা, ৭শুবা, ৮শুবা হায়না Class লৈ। Class অদুগী মতুংইন্না মহাক অদুবু কদায় কাওবা হৈরবগে হায়বদু লায়না

খঙ্বা ওম্মী। মতৌ অশুম্না সুংশিবগীদু ২শুবা, ৩শুবা, ৪শুবা হায়বা Class লৈরম্নবদি সুংশিজবগী মতুং ইন্না ঐনা মখোয়শিংত্তুদগী খ্বাইদগী মকোক ওইবা ক্লাস অমগী সার্টিফিকেট অমা পীদুনা কদায়কাওবা সুংশিজবগে হায়বদু উবিবা কংখিরমগদবনি।

জয় – শোল্লি খঙনা পাঙ্গল্ হাপ্পীরক্পগীদমক থাগৎচরি। অদুগা সিমদি খঙবিয়ু – লেপথুবদি লেঙত্রবা, কায়খ্রবনি অতোপ্পগী পাম্বৈনা হায়ঙুম শাগৎপা য়াত্রবা নুংগী মশক্নি ঐগী খম্মোয়দি; লোইবী চৈংঙুম লেঙদনা লেপলগা সুংশি ইখো লাংজরিবনি।

কুমারি শক্তিনা নোংশাগী মিৎয়েংদা মাবু খৌরাংই হায়বা খঙদবা, নত্তে—য়াবিরুনে। রাখন থেনবী পাঙ্গল্ শোনবী সুপীনি, ঈশিংনা মশাগী মওং লৈতবগুম্ থেংনরুবা, তিনরুবা মকম্না মখোয়গী শক্তোন্নি—অয়েপ্পা লৈতেগাক্ খনবিরুসু। খম্মোয়দা অয়েপ্পা থম্ত্রুবী অমগী মকমদা থাঙ ঈশিংনা মায়থীদনিংঙাই লৈতে

জয় – খম্মোয়দ লেপ্খিবা মীশক্ অদুবু হায়দোকনা, চঙঙক্ইবশিংবু মতম্ মাঙহন্দবা কৈ। নত্তে কুমারি। ঐবু শোয়দনা মায়থীরগদবা থাঙ পায়বা মী ওইহনবিগদৌরিবরা—?

কুমারি – কনা ওইগদগে ? ঐনা কপলগা নোকপা ওম্না, সুংশিববু লৈবা কংবা পোংকুম মাচুনবা মহাক্ নত্তম্না, লায়না খন্দোকপগী চৈরাক, মশাদা পাজুদনা ময়াইনা খঙজরকনি।

কুমারি —( ফিজনীনা মমায় খুম্ জিল্লগা হিক্-হিক্ কপ্পা )

জয় —( তুমিন্না ঙাইহাক লেপ্লগা )—নত্তে, নংগীসিবু মুংশি চাং য়েংলিবগাক্ হায়বতুরাও ?

কুমারি—মী লরুবা হৈজদে, চাং য়েংনবগী পাঙ্গলস্থ নৈজদে—

————————→

জয়— **Thank you !** লোনম্তুনা মীগী থম্মোয় পেল্হন্জবা হায়বতু ঐসু হৈজদে, মীনা মুংশিবিনবা মঙ্গস্থ তমজহৌত্রে ...চৎচরে—বাই ! বাই ।। ( চৎপা হৌবা )

কুমারি —( চৎখ্রিবতুদা হাইকেৎ য়েংলম্মগা তিংখং যুবা শাশিন্নতুনা "ইমা !" হায়না তুশিন্নতুনা অনাবা খাঙশিন্নৈ । )

জয় —( লাউখিবতুদা থুনা চেনশিল্লক্লুনা শোর চাউনা য়াদা চিংখৎপগা লোয়ননা "কুমারি !" হায়না কমথতুনা **Bag** থম্মগা অনাবা মখোঙতু পায়গে ভৌবদা— )

কুমারি —( শাউশিন্ননা )—কনাস্থ পায়বিরকনু··· । (মখুত্তু ইস্থোকলল্লগা ওস্থোকখি । )

জয় —(হৌগৎপা ইকায়তুনা মতৌ তমই । ) ক···য়েঃ য়েঃ য়েঃ ··· ।

কুমারি— ( ওন্সিল্লক্লগা ) ই—য়েঃ য়েঃ য়েঃ ··· ···

( মনাক্তগী **Bag** তুনা জয়দা থাবা )

জয়--কদাইদনো য়েংবিগে হায়বনে, ( মখোঙদা তাপ্ পায় )

কুমারি—( অনাবা শোক্লক্লগনি মতাগুম্ খংপ্রেক্ খংশিন্নৈ— )
"এ ! ঈ··· ···।" ( জয়গী মখুৎ ইস্থোকপা লাক্লে )

জয়—(খুৎ নাম্মনা **Bag** পায়, অমনা কুমারিগী ইস্থোক্লক্লিবা খুত্তু পায়তুনা চিংখৎপী । )

কুমারি—( খোঙ নাম্মা থাঙ্গলগা নাম্মনা মুক্তুনা হৌগংলকপদা তুগে তৌদুনা জয়গী খ্বাংদা 'আঃ" হায়না খংকোন্ কোনশিল্লি, মহারুম্ভ কোল্লি। )

জয়—সে-ঐঙোন্দা য়াম্না রাইচিঙ্গংঙ্গা নংগী অন্নাবদুদা মতেং পীবা ঙম্‌গদবা নত্তে খঙলবরা—?

( ফুরিৎ লিৎশিংবিনবা হেৎনৈ )

কুমারি—( অমুক্ত লোম্না য়েংই, নোককেৎ তৌরগা মখুৎ তিংথোকই। )

জয়—( তিংথোক্লিবা খুত্তুদা খুদাং চোনবী জেকেৎতু লিৎশিনবি; অদুম্না অমম্ভ তিংথোকঙ্লগা ইল্লিবা ফিতুগী মথক্তা লিৎশিনখিবা লোইরদুনা— ) 'সেঃ কুদাম্ পান্‌সিলো।'

কুমারি—( মখুৎ নাম্মনা জয়দা কোল্লগা অমনা কুদাম্ পানবদা য়াত্রদুনা—( 'অ-ই-য়াদেবো······।'

জয়—( নোক্লিংনা ) ও-নতোমতা খুৎ থাদোক্তুনা লেপ্প ঙমত্রবা..? ( হায়না থবাক্ খায়বী জেকেত্ত, কুদাম্ পানবিবা লোইরগা ) অদুদি খরা খরা চৎপা য়াত্রা য়েংসি, Bazar road নি হায়দুনা টেক্সি ওর রিকসো তোংদুনা য়ৌখিনি হায়নিংঙাই লৈতে। ( কুদাম্ পাল্লিদৌদা কুমারিনা জয়দা মূনা মূনা য়েংই। )

কুমারি—হোই, উরিনা উপানগী মপান্ তাংজবগুম্ দুপী ওইবী ঐখোয়সু তাংজদনা হিংবা হায়বদু থোক্তে, অদুবু পীরুবা

উচি মচা অমনা চিরবা মতমদা নোংশাগী থরাই কলি হায়বা. অসিদি কাউবিগনু

জয়—মেরাগী .থাবলনা রাত্তোনুলোম্লক্রবদা, লাইজ ইরোনমুংদা থাজগী মমি উবা ফংগনি . অদুগুম্বা ইরোনমুংগী থাজ অদুবু চাং'জ্বীথক্তা লেপ্লগা মুজাগী লৈজবা পাঙল শীজিমদুনা মালেম্ লৈতাল্না থাবদা, ইথক্রা পুখোকথ্রবা থাজগী মচেৎ মচেৎনা অদুম্মক্ হঙ্গীল্লক্তদুনা কায়থ্রবদা ঐগী থম্মোয়গী প্রতিমাস্থ মুৎখিগদবা মগাই। অদুগা মচেৎ মচেৎ কায়থ্রবা থানা হঙ্গিন্ হঙ্গিন হায়গী শক্কম্দা লৈরিবমখৈদি জয়কুমারনা কুমারিদগী নাথৈদুনা চৎখিগনি হায়বদুদি পুন্সিগী থম্মবনা কৈ, কুমারি !

কুমারি 'কুমার !!' (হায়না পিরাং চেম্লবা মিৎনা জয়গী মায়দা অমুক্তং য়েংগম্মগা লাইথক্লা মহাকী থবাক্তা ভাথদুনা হীক্ হীক্ কপ্লী।)

জয়—'কুমারি !!'... ... (নাহুবিবা)।

(মখোয় অনি মরক মরক্তা চীক্লা চীক্লা য়েংনদুনা, মখোঙ শেক্লিবা কুমারিনা জয়বু চৈঙাক্ ওইনদুনা তপ্লা তপ্লা চৎমিন্নখি। মখোয়না চৎখিবগা ওয়তৈনবা মায়কৈদগী 'নন্দ' প্রপ প্রপ্ লাক্লগা মখোয়বু তাম্না য়েংই)

নন্দ—(লৈথোক্লকুনা শককম্ হঙ্গিল্লগা ইশি-শিনা নোক্ই।) "... .... .... মৈরিদা ভাওরম্বা মৈরাম্বী"—ভনিদি মৈরক্ত

মশানা মানা চোংশিনখ্রবা ? হাঃ হাঃ হাঃ মিয়াংদা থুরবা
তীল, মিনা পুখ্রবা ? অঙক্পনিকো মুপী !"

**LIGHT OFF.**

---

## অহানবা শরুক

## ওেশুবা উৎপা

মকম—O.C. মাঘঙ্গিংকী য়ুমগী মাঙ্গোল। মতম—অয়ুক
(টেবল অমা, চেয়ার অমা তরু তনাম্না থারি ; টেবলগী নাক-য়েত্তা
মোরা অমমমস্ু লৈ। জয়, কুমারী ২গী মপুবোক মুক্তা, অনিঙবা
অমগী মখাপোম্না মতম কুইনা শম কক্লক্তবা ১স্তুং চপ্রাশি ওইনা
চঙলকপগীদমক, মকোই হাপচিন্দুনা ১স্তুং মমিং ওন্থোক্লগা অতোপ্পা
শকফম অমা ওলহল্লি মহাক্না ইমুংদগী চন্দন ধূপ অমা চমথংলদুনা
পুথোকলক্লগা মাঙ্গোলগী ডারী মথক্তা য়ুংশিল্লগা খুং লোমদুনা
খোন থোক্না লাই খুরুমজৈ ! )

মুক্তা—হা গোবিন্দ ইবুঙো !! পুন্নমক নহাকী থৌরাংনি, নহাকী
খুজীম্নিদকো প্রভু !! নহানমুকী মপোক্তা ঐনা করি
পাপপু লঙজক্লদুনা হন্দকী মপোক অসিদা অসিগুম্বা
প্রায়শ্চিত অসি কংহনবিরিবনোনে ইবুংঙো ? ঐগী ইশু
জয়ন্ত—কুমারি অনিবুনা মহাসাগর ওইরবা সমুদ্রগী গর্ভদা
মালেম লৈতঙ্গাই থাদবগুম্ থুপখিবা, মচা অমদি

মপুরোইবনু কংনীংবদী মৈনা মোং খোংবশুম চৌরবা ইচা রজনিগী তেংথাখোয়া হিমালয়গী মাংমদা খমখিবগুম চীকখ্রবা … … !! আ। হা—বিধি !! মোলদা, ননাইবু করি ওইরসিগেনে ইবুঙো !! ইপাগী ইবেম্মা রজনিগা ইপাদি পুন্সি সম্বা। ওইশিল্লকপনা ইপাগী জীবিকাবু য়োকসবা শুমক্রুদুনা মাগী খরাশুগী পাথরকপা চাক্লেম্মা ইপাগী পুন্সি চেঙজেল ওইদুনা খম্মোয় শীংজা মৈনা খাঙদনা লৈবা তাখরেনে ইবেম্মা !! ও—ইপাগী রজনি। নং ইপাবু পুক্লো মাল্লোগনুকো ইপাগী ইবেম্মা— !! ও… ভগবান্ !!!

(নোঙ্গদুনা ঈশ্বর থূরমই। অদুগা জয়নু মহাক্ন মোঙ্গদ্রিঙৈদা চঙলক্লগা মতৌ য়েংঙম্মদগী নোঙ্গমগা খুমখা মাওই। অদুগা চৌগঙ্গুনা মহাক্না মথা করি তাবকপগে ভাইবদা তারক্লদুনা)—
"জুগোল —।"

মুক্তা (জুগোল)—(নারোল্দা পি তৈথোক্লগা) "বাবু মচা।"

জয়—নংবু এইখোয়দা লৈতৈদগী য়াম্না বারমরনে ?

মুক্তা এ… বাজদে, য়াজদে বাবু মচা।

জয়—হুম, নংসি খরা বারমানে, অমুক কুইরক্লনা অনিদা নংগী মাপ্লথেংদা শরাওবা, পুংঙাইবা, মকালাম্মগী শকক্ম অমুক কাওবা উবা ফংদে। নংগী শকক্ম নিঙবা কায়বগী মওংনি, নংগী শাকংনা, বাথমা পুবা মীওঙ্গা তৌই। নত্তে, নংগী ননীং থুংদবা করিনো হায়বু ?

মুক্তা- বাবু মচা। ঐগী নিঙবা থুংববা অমত্ত লৈরবে. ঐগী হায়ববু বাবুমচা'খোয়গী সেবাসি নিঙবা থুংবিরোইদ্রা হায়না কিজবগনি।

জয়—অচুম্বদি কমনথ্ বনি, ঐনা হায়বদি নংনা লেংনীংবা, চানীংবা কম্রি কব্রিনো মতুদি নপুম্নীংদা থম্বগী মহুত্তা হেক্তা হায়দোকউ পাবুংনা নক্কবগ্নু ঐনা শোয়দনা লৈগনি পাবুংদনু কব্রিনি লৈদগবনো।

মুক্তা—ঐনা কম্রি'মত্তা য়াত্তে বাবুমচ', নিঙবা থুংবা অমত্তা লৈরবে।

জয়- য়েংঙোই জুগোল, ঐদি নং অসে য়াম্না নকবা মরি-মত', শাগৈ-বাত্তেগুম্না নুংশিজে নংনা সু ঙাইত্তনা লৈরগা ঐনা হেন্না কুংঙাইতে—নংনা তুংঙাইনা পুক্নিং নকাল্লা লৈনা উরগা ঐনা হেন্না হয়াওজে অচুনা, নংন শোন্দবনু হেক্তা হায়দোকউকো।

মুক্তা - (হয়াওনা) বাবু মচা ..!

(চঙশিন্দুনা টেবল চৌকি শোমজিন শাজিন্নি অহুগা যোরাশিন্নু পুশিন্দুনা ইমুদা চঙখি)

জয়—(চঙশিন্দুনা চেয়ারদা ফমই অহুগা কুবিংথাগী চে কলম পুখোক্তুনা কব্রিগুম্বা অমা ইগদবগী হোৎনৈ।)

মুক্তা— (চা পুখোক্তুনা টেবল মথক্তা থমই।)

জয়—জুগোল!

মুক্ত—বাবু মচা।

রাজেন—(স্নত তাইদা যাম্না নাম্না কীজে'-নৈতেংদুনা খ,না চঙলকই। )

Good morning!

জয়—Thank you! লেঙশিনবিয়কউ—জুগোল। চা চা!

রাজেন—এ! তৌবিরুরম্নু লোইশিনবিত্রিবরাও?

জয়—লোইশিঙ্গরবদি অদুদা পাবুং ঙাইদবা যাত্রদুনা লৈ-
জরখনি.

জুগোল (মুক্তা)—(ইমুংদা চঙখি)

রাজেন—পাবুংবু কদাই চংখিবনো? (চেয়'রদা ফমথবা)

জয়—ঐখোয়গী Pecuniary help তু ঙরাং নাহাক্নগীনি তাম-
মকইবা অদুদা একাউণ্টেণ্টনা বিল লাম্না শাফিন্নে হাপদুনা
ওস্থোক ওফিস খরা তৌরমানে। ঙসি 9'30 দা হায়নৈ
হায়, পাবুংম্নু জীপ্তা চংখিবনি য়েরকপা যাম্নে।

মুক্তা—(ইমুংদগী চা পুখোরক্তুনা রাজেন্দা পী)

রাজেন—(চা থক-থক্না) অম্ন পাবুং য়োরক্রগা অদুম লেঙথোক-
পীরকও! ময়ামম্নু ঙাইগৌরি খরা খরা চংপা হৌজরগ্ন প?

জয়—থোঙনা চংশনৌরিবরাও?

রাজেন—পার্কিংকাওবদি চংলা তাম্নে।

জয়—পাবুং লাক্লগ Aerodrome কাওবা অদুম জীপ্তা চংখি-
ননবা তৌবনা করে ইত্র?

রাজেন—অদুম্নু যাই। অদু ময়ামদা পাউ খবর পীরকখিদে।

জয়—বনি। (রাজেন চংখিদ্রে).

"মপুংদা—রাজেন! নং লাক্লখিবরা?"
'—অহোই পাবুঙ।'
—কয়া হোৎনবনি অদুবু মখোয়' একাউন্টেন্টনা
ভপমনবিদুনা থেঙখ্রে। ঙাইরমখো চৎমিন্নসিদনা;
—কনি পাবুঙ।"

মাঘজিৎ—(ঙাঙনা ঙাঙনা চঙলকপা।) টেলিগ্রাম অম ঙাই-
নরিদৌদা থেঙখ্রবনিনে,—জুগোল। গাড়ীদু ঈশিং হাপ-
জবানেদনা—?

মুক্তা—হাপচক্লরগে বাবু সাহেব।
(ইমুংদা চেনশিন্দুনা বালট অমা লৌথোক্লরগা
থুনা চৎখিবা।)

মাঘজিৎ—(ঘড়ী য়েংলদুনা জয়দা) অঃ নং থৌরাং লোইশিল্লবরা?
1st Flight ওইরবদি থেঙখ্রগনি।

জয়—লোইশিল্লরে পাবুঙ।

মাঘজিৎ—লোইশিল্লো। লোইশিল্লো। মখোয় খরদি আ-লম্বীদা
ঙাইবু ঙাইহোরে। অদু—জয়কুমার। ময়ামগী থবক্তা
মকোক ওইবা হায়বদি থৌবু ওইবা হায়বসি য়াম্না লুবনি,
হিরম থুদিংমক্তা য়াম্না চোকশিন্না শৌনগদবিনদে।

জয়—পাবুঙ—।

মাঘজিৎ—মীওইবা হায়বসিদি হৌজিক্তী মতমদা থুং য়েংনা
ভোবা, ওইনা থাজনদ্রবনি মীগী মবুক মপুংদা খল্লিবা
বাখল অদু উবদি ওমদ্রবনিনা অমনা অমবু য়াম্না খঙবা

ছম্বগী পাগল করিস্ত লৈব জাৎ নত্তে। সুপী সুপা পূপা থবক তৌবা হায়বসে করিস্তবুদি লৈত্তবজাৎনি, অদুবু মীরম থোক্লবনিদো— নাপানা কৈগী মপান তাংবা হায়বা মতমদু অসিমক্তি চোকশিনগদবনি। E

মুক্তা— (ঊশং হাপ্‌লুবা লোইরত্তুনা চঙলক্‌পা)

'বাবু সাহেব্ লুক হাবিরগদ্রা?'

মাঘজিৎ— অঃ— ঐ কোন্না তোখোরগে, মী ওাইনখৌরবনি, নংস্থু থৌ‍‌াং লোইশিল্লো।

মুক্তা— বাবু সাহেব্। ঐগীদ লোইজরে।

মাঘজিৎ— পুগদবা পোত্তি শেমজিন-শাজিল্লবরা?

জয়— ঐনা, হায়বা পোৎশিংডু লোইনা য়াওংদুবা নত্রাও?

মুক্তা— য়াওহঞ্জরে বাবু মচা।

মাঘজিৎ— এ— অদুদ শুরম্নগনি, লৌথোদ্‌উরো— লৌথোকউরো।

মুক্তা— (ইমুংদা চঙখি)

জয়— পাবুঙ, হয়েং আসাম্ গবর্ণরগা ঐখোয়গা থেংনবা মতমদা করম্বা ব্যবহারনা মহাকপু ইকাই খুম্‌নগদগে?

মাঘজিৎ— মদুগীদমক্তংদি য়াম্না লায়খ্রে জয়কুমার, নখোয়না মিলিটরি নত্তবনিনা ইচম্ চমনা লৈজবা ব্যাবহারনা হেক্তা মহাক্‌পু ইকাই খুম্নবা উৎপদা থোইনা কায়দে।

মুক্তা— (ইমুংদগী বেডিং অমা কোক্‌থোং মাদুনা সুত্‌কেশ অমনা খুৎনা পাম্বরগা থোক্লকই।)

জয়— (চঙ্‌শিল্লক্তুনা মাঘজিৎকী খোঙদা খুরুমজুনা—) পাবুঙ।...

'নচা……চৎচরুখিগে……………।

মাঘজিৎ—ফরে- যরে, নাদ-য়েক্কবা ঈশ্বরনা পীনবিসনু।

(হৌগৎপীবা —)……এসু অখাইকাওবা থিন্দোকে,

চৎলো-চৎলে। (তুংদ-মাঙথা কোইনমক্ থোক্মিন্নখি।)

## – LIGHT OFF—

## অহানবা শংক

## ডশুবা উৎগা

মফম—চীংয়া' জঙ্গল।  মতম—সুমিদাংবাই

[য়োংলিনা থুং তুংহৈম, উ অমগা পান্নবা থবাক্ খা-ওয়দুনা পুল্লিবা অদুদগী মকোই মরাংনা শকফম্ হল্লবা 'সরজু'না কৈজবা পাঙ্গলগা লোয়ননা নাম্থোক্লবা হোৎ-নরি। অরোনবা লাম্মী অমনা মহাকপু গার্ড তৌরি।]

লাম্মী—**You! don't move! I *say*. don't move!**

সংজু—(থম্মোয়দা ওম্চাক্লবগ লোয়ননা) – **Guard!**………

মখোঙ মথং য়াওদ্রব মীদা নরিল ফুদোক্কুনা নথৌ পাঙথোকপনা নখোয়গী স্বরাজ তানবগী ইচঙথৌবা নথৌ-নারা? নতিক্ থোক্লগা পুল্লিবা অসি থাকোকউ, খুৎলাই পায়রোই, ইমাগী খোয়াংমন্ শিংনীংবা অমদি ইরৈবাকপু

কম্মীংবগী বাখম্না মথুম্ মরাও হোৎবা ঐগী খোঙপাক অসিং-
ঙনা তাহন্তুনা নথবাই লৌগে. নংনা ওয়ে ঐগী বাশকপু
লৈখা তাহল্লু। খাদোকউহে শা। হুরাব্ সাৱাদা ইচঙ
খোৎবা, গঙি লৈব্রবদা লিংজেন থাবদি জয়পনা লৈবা
শা নখোয়গী নয়মচৎলা—?

লাম্মী—নাগা ডিপার্টমেন্টকী মেৎথংবা পাংখোম্, পাকিস্থান্গী
এরোপ্লেন্বু, লৈজবা নহে নশিংনা থুগাইখিবা অদুগী,
নাগা ডিপার্টমেন্টকী পাকম্ খোকপা, নশাবু চয়োল্
চুপ্পা চয়া য়াওদনা পুল্লগা অয়োইবদা হিংনা মৈ থারগা
শেৎলকপা নউমা নাগা আর্মিগী খুগা থানবা হায়বা, মনা
অসি নশানা পাবত্রবস্থ নমহুনা পীগদৌরিবনি থঙলববা—?

সরজু—(উশিত্তনা লোকই) হুম- হাঃ হাঃ হাঃ মহুরা! অকনবগী
য়াওাঙ—? পাঙখোক্লীংবা নখৌ পাঙখোকচরকউ। হায়-
দগীম্ভ য়ারক্লি. হৌজিকস্থ থবাক লোংনা য়ারি; থঙলবরা
শা!

লাম্মী—শানা-শাগী চিঙ্গাক্ চাবতনি, মহু নংনা থঙদবননি।
—হায়বিগে তাজো; পঙ্বদা মরু কংলবা নখোয়' মণি-
পুরনি হায়বসিস্থ কাউগনু; মরম্ থঙনিংলবস্থ হায়বিগে।
নখোয়গী পুন্সিগী আশাদা মহুপ্ পৌরবা তিংখং শারিবা
**Naga people** ঐখোয়স্থ নখোয়গী মণিপুরদা পোকপনি,
মণিপুরদা চাউবনি; অদুবু ঐখোয়না সুংতিগী তোৎন-
তিন্নখিবা নখোয়বু য়েক্রবগুম্ উই অদুগা সাগর কয়া

লাল্লগা লাপথ্‌ৰা চিনা, জাপান্‌, ইংলিসপুদি ইমা অমত্তগী মচাগুম্‌ সুংশি।

সরজু—মতুনা তাকপদি মণিপুর ঐখোয়গী ধর্ম্মদি অমাং-অঁশেং চাউই; ধর্ম্মনা মরুপ্‌ ওইবা মীরৈবাকপু লাপ্লবসু নরা উই ঐখোয়দগী মখোয়না হেন্না সুংশি অসি নত্রা—?

লাম্মা—Yes! নংনা খঙই, মখোয়না ঐখোয়বু ধর্ম্মনা মরম্‌ ওইদুনা হন্থনা খল্লি। ঐখোয়গীসু ইমা লৈবাক্কা ইমানি, ধর্ম্মনা ইচিন ইনাওনি। নংগী রাখলগুম্‌ ঐগী খৃষ্ট্যান্‌ ধর্ম্মস্থ অরাংবা থাক্তা থমনিঙই, ইকাই খুম্নবগীদমক্‌ হিংহল্লিঙই অমদি মনিং মথা তম্বা লৈবাক্তা মীথা পোন্দনা থম্বিনিংই। অতুনা মত্‌ তিন্নদবা ঐখোয় অনি চাকলুক্‌ অমত্তদা হিংমিন্নবদি রাগনি অপাম্বগী মতুং ইন্না থাই-দোক্লসি! অদুগা ইমা তিন্নবা মরম্না ইমাগী মরল্‌ ফংফম্‌ থোকপা অদু Naga People ঐখোয়গীসু ফংখিগে হায়বনি।

সরজু—হুম! নরা তাবদা অপঙবগী মতৌ ততুনা উবা ফংই, 'কুন্দো-দা লৈহাউ শাৎপরা?' মণিপুর ইমানা মমা মশক্‌ খঙবা, মৈতৈ ঐখোয়তবু পোকই,——নংবু মণিপুর ইমাগী মচা—। হুম। নংনা সতি চেনবী ইমাবু জাৎ তিন্নদবা মচা পোকপী, লমচৎ নাইববী, ওক্কবী শীরি। হে-শা। নংগী জাতিগুম্‌ ইমাদি নারক পান্নদে কিজী কিনা পামবে খঙলবরা?

খওদবনা অমুক হায়খ্রবস্থ ঐনা হিংত্রুন্না লৈরিভৈদদি রা-ফম অত্ত অনিরক শুনা ভাঙগনু।

লান্মী—ভাঙলবদি ?

সরজু—ভাঙলবদি।

লান্মী—ভুমিন লৈয়ু!—হয়িংখোইনা মরিন ফবদি অথোৎপা লৈনাতবু খল্লগা, মরি লৈনব মফমদা অকনবা শকচবনি, ক্বিভম অদু ভানবা শীল্লিবরা ?—মত্তুদি নমও ফাওবা মঙলুরগন্নু। হায়বিনিংবদি চিরবা মতমদা..........।

সরজু—চিরবা মতমদা নখো।করি—? ইমা লৈবাক মনি-পুরগী ফিজী ফিনা চিকথৎপা নত্তুনা করম্বা শেমগৎপগী থৌরাং ?

লান্মী—(শাউনা) নরৈবাক কল্লীংবগী নশিংখা লিশিং লিশিং পান্দুনস্থু নহাক হৌজিক বন্দিনীনি।

(হায়রল্লগা বুটনা সরজুগী থবাক্তা শুডুনা মওং থীনা ফুই, সরজুনা চেম্থরকপা ঈ অদু ফু ফু কামথোক্নুনা চৈনাখোন খাওলি)

লান্মী—খওউ! নহাকী মতম লোইরবনি, নথ্বাই অদু নোংমৈ মতোন অসিদা কোইপাই পাইদুনা খিন্দোকপীননবা শুলিতবু ভাইদুনা লৈরবনি। থকউ—নশাগী ঈ অদু নবুক থম্না থকউ নথ্বাই অদুবুস্থ থরা পোৎথাহল্লু নহাকী ননীংথুংনবা ঐহাক য়াথং লৌরুখিগে।

হুম…। (খা-না য়েংলম্নগা চৎখিবা)

(ভাইকাকী মতমদি পুমচীক চীকই।)

**Back Sound**। (শুপী খোঙ্গেন্দা।)

ঊশৈ

জগৎ ইমা লমজিংবী

চানবী হৈবী ইমা-ও!

নংগী বিনাগী খুৎখৎতা

মুংঙাই য়াইফ' লোংদবা

মচাগী থৌ নিজরি,

পীনবিরোনে হে—লাইরেম্বী—। জগৎ…

থাজগী থানিলনা চাইথকম

থরান' খাংপোক মমুংদা

মিৎকী পিগী ইরানা—

কোরৌ শিঙবুম নোংলেম্নবা

ইমাগী থৌগাই নিজরি

ননাইগী পম্বু: পীবিয়ু। জগৎ…

সরজু— (অঙকপা মিৎয়েংনা তাম্না য়েংই')—নত্তে!! মহাক অসিবু কনানো? থেঙলবা অহিং অসিদা শত্রুবা বনগী লম্বীদা ঐগী ইন্দ্রিনা হকচাংগা থায়নরমদাইগী মতমদা অচুম্বা ধর্মগী লম্বীদা লমজিংবিরমগে মতাঙুম, ঋষিগী কীজোন শেত্তুনা মুংশি চাওবী ইমাগী শকশমদা মালং লেংথৈনদুনা লাক্লিবা মহাক অসিবু কনানো?

( তাঙ্গা অসিদা উবৈ ময়োম অমা পায়দুনা
'রজনিনা লাইনিঙবীগী ফী শেত্তুনা লাকই। )

রজনি—হা গোবিন্দ ইবুঙো !! পুন্নমক নহাকী থৌজান্নি।
ননাইদি রারেদকো ইবুংঙো !!

( কমথগে তৌই )

সরজু —( নৌক্লা নৌক্লা কিনা ) ই-মা !! নমু তাইবঙ মীরা-খোই-
য়ুম লাইগী চুত্তলা—?···য়োৎহিলং পরৈ অসিদা হনবী-
রম্মুবা ইমা—!! ফীগাও শানা নকম্লাংদগী নিঙরি ইমা
হাপ্নিসি—!!!

রজনি——ফুক হৌগৎলি, শ্বাই লাউই; মখুত্তগী পোৎয়োম
তাখিবা খঙহৌদে। মমিৎ কুপ্তনা মিৎচানদুনা লেপ্নী।
( Light move and change ভাইহাক্তি পুমচীক
চীকই। )

রজনি—"হুম, নত্তে-নত্তে, লিন্দা কৈজুপ শুপ্নীরুবা, ঐগী ইরান
ওইগনি। পুল্লিবা নংবু থাদোকপা ঙম্লোই।'

সরজু— মানি !! মরৈবাক শুংশিবগী হুনা থোবোম থন্না পুবা
ঐনি। লৈপাক অম্সিদা পোকপা ওইরবদি নংম্ব হু
অদুদি পুকম থোকইনা······

রজনি—( মতোমতা শোঙ্গবা ) পুকম থোকপা হু!!
( লৈশিল্লক্লুনা পিরাং চেম্না য়েংই )···নং···কনা···নো?

সরজু— ইমা !! নং করিগী কপলিবনো, কপকম্নু ইমা, ইমাগী
ধর্ম্মদা অশিবগী খয়াত্তা চঙলবা নচা-না শমকৈ অমা কাওবা

য়েৎচররোই । তৌবদি ইমা !! উমং অসিগী মালিনী ওইরবসু মকম অসিদগীদি তন্না হনবিথরোনে ইমা। ইমাদি অহিংসা ওইবীনি মকম অসিদি বলি-ভূমিনিনে অপোকপী !! লেঙবীরো, চৎপীরোনে ইমা !! ........অদুগ', ইমা—কনাগুম্বা। 'মপুন্সিবু য়োন্দুনা নিঙবা কায়বগী থোনানা ইচঙ থোনা লাম্মী অমগী মরীদা। খোঙ্গুল লীরক্লবদি ইমা-না থৌদোক অসি থরা তম-বিরম্মুকো ইমা !।

রজনি—( থুক লাউনা-খোন থোক্লা কপ্পি )। জয়ান্ !!....তোকও। মথা শাংথরগমুনে অথোবা !! (তপ্না ২ চঙশিল্লি ) মণিপুর ইমাগী তাঙলবা শহিদ ! নংগুম্বা নরৈবাক নিঙবা নজা-তিবু মুংশিবা, নাগরিক্লা ফিভম অসুম্না নপুন্সি লেনবা অসি লাইবক চাউবী মণিপুর ইমাগী থম্মোয় কায়নবগী মশকমিনে অথোবা। খঙদবগী হায়বনি, নং ঐবু শাউ-গমুকো ইবুঙো।

( হায়রম্লগা তুংলোমদা চঙশিন্দুনা পুল্লিবা অদু লৌথোকই। মশাদা পুল্লম্বদু লৌথোকখিবদা 'সরজু না ওন্সিন্দুনা 'রজনি'দা কোনগে তৌবদা "ইমা !! ঊশিং।" হায়রম্লগা লোংনা তুথখি ।)

রজনি—(মিপাই তুজুংনা কমথরগা মকোক পমথৎপিদুনা)-ক-নত্তে। শহিদ। নংগী নকমদা ঐনা লঙজবা তারবরনে? সে, লাম্বগীদমক্তা ওইরবদি মসি চাঙ—সে........।

( মনাক্কগী মশ্নোমচু লোরগা উটেংশিংচু লৌখোক্লুনা ইন্বি। লোয়ননা কিজীনা হুমাং নপথোকই অমসুং হুপ্পি )

সরজু—মানি-ইমা, মতম কুইনদগী চরা রাওত্রবা ইদ্রিনা 'ইমা!' হায়না কপতুনা খাওজরক্লবা নচানি। ওসি অকিবগী তমখিরবা ঈশাক্তা ঈরাক্লদুনা পুন্সি ঊচেলগা তিল্লদাইগী মতমদা ঐগী খুজেং পায়দুনা চিংখৎপীরিবা, ইমা! নং 'কনানো?'

( হায়না কপ্পা লাউবগা লোয়ননা রজনিগী খুজেং কপ্পা কাদুনা তপ্পা লৈখৎলগা ফমই অমসুং মুম্না য়েংই। )

রজনি - ( খংপ্রেক খংই, ফুক হৌগৎলি ) শহিদ! থাদোকউদে ··। ঐগী পুন্সিগী রাকাইরোন্দি হৌখ্রবনি তম্মদুনা কাম্নদে, হৌখিবা মতমদা অদুম্মক তিনখ্রসনু। নহাক্কা ঐগী তৌখিমল উৎনিঙলগা নংগী রারবা মতমদা ঐবু নিঙশিংবিয়ু। নহাকী খম্মোয়দা লেঙদনা লৈরমগে, অরা নুং ঙাই অনিদা শরুক য়াজগে সে – থাদোকউ।

সরজু—(থাদোকপা, মা—নি! তাইবং অসিদা মমল য়াম্রবা সনা, লুপা, মনি-মুক্তাগী মৈরা পায়দুনা জগৎ কোয়না থিবদা কংলরোইদব ঐগী ইমা-না পোকপীরম্বা হকচাংদি পুন্সি তাংলো খঙদনা মপোক্ক লাংঙোনখ্রবনি। লোই-নাইদবী লৈপালগুম অনোবা পুন্সি য়েন্নিং হুক্লবদি নৌ-ঙৌননা কয়জব ঈমংনা ঐবু লোকপীরবনি। ইমাগী

থৌজানবু নচানা করম কাউগদগেনে ইমা।

( মখোওদা তুথদুনা খুরমই। )

রজনি—(খুং, ওক্ অমসুং পিগা লোয়ননা হাইরগা) "অথৌবা…!"

সরজু—মানি। নহাক ঐগী অশেঙবা ইমানি, মী ওইরবসু লাইনি; ইমা' হায়না কৌজগে খুম্মিয়ুনে ইমা—।

রজনি— (অশির্বাদ তৌবিবগা লোয়ননা)—'জ রা ন…………।' নংবু ঐনা ফংজবা মনিপুর ইমাগী থৌজাম্নিদে।। চৎলো জরান। ইমা লেপকে, নংনা নীংজবা পন্থুং ভাম্না অতেক-অকায় য়াওদনা চৎলো—।

সরজু - পূম্নমক ইমাগী থৌজাম্নি।

((হোগত্তুনা নীংশমদনা হম্না হম্না য়েংদুনা মকোক কম্না পায়শিঙ্গদুনা চৎপা হৌই।)

"ইমাগী মঙ্গল। নচা চৎগে ইমা।"

( তপ্না চৎখিবা )

রজনি—জরান…… ইমা লেপকে চৎলু—।

( মহাক্না চৎখিবা মায়কৈদা মুম্না য়েংদুনা লেপ্নী। Light move and change তপ্না লৈশিল্লক্লুনা রাখল তৌই।)

ভসি ঐগী থোক্লিবা থৌদোক অসি করিনো—? মহাকী শক্তম্ উবদা অমদি মথোঙ্গেন ভাবদা ঐগী থম্মোয়না করিগী থৃক লাউথ্রিবা—? অদুগা মহাকী রাঙাওবু হম্না হম্না তারগা অকাউবগী রাংমদা থাপ্না লৈথ্রবা ঐগী

ৱাখল্লা করিগী মতোমতা লোয়া নিঙশিংলক্লিবা করিগীনো ?

মহাক অসি কনানো—?

নীংব কায়বগী দেহ ওইবনা, মুপীগী মপোক ওইদুনমু তাইবঙ্ মীবু কিজবদগী লৈঙাং ফি শেত্তুনা নিঙজবা মাবু ফংনলবা তাইবঙ মিৎ তাঙহন্নবা, ঐগী পাঙদবা শিন্থানি। ঐগী অশেংবা শক্তম্মা মাবু থেংনবা থোক্লম্লবদি অপ্পন্না ঐবু খক্ ব্যবহারগী ফীজংনা কৈদৌমুংদমু থল্লম্মোই। শোয়দনা তুকচরবা মিহৌবগী মিৎয়েংনা ঐবু লাকশিল্লম্বা য়াই, অদুবু পঙলবী ঐগী ৱাখল্লা ইশাগী সতিহ ঙাকচবা ঙমজরে। মানি, মসিতনি জগৎনা পাম্মরিবা, ধন্যনি—জগৎনা ধন্যবাদ।

(খুং লোয়দুনা ঈশ্বরবু খুরুম্মী।)

**—LIGHT OFF—**

# Interval.

# অনিশুবা শারুক

## ১বা উৎপা

মফম :-শিলং হোষ্টেলগী গ্রাউণ্ড। মতম্ :—নুংথিল।

[থোইদোক্লা তরু তনাল্লি। গ্রাউণ্ড অসিগী মাকচি ওই-রপ্না পীগদবা মনা অমদি নৈতেং কয়ামুক য়াওরবা টেবল অমস্তুং চিয়ার মফম্ চানা পরেং ২ থাল্লি। অসাম্গী গভর্ণর অমস্তুং মহাক্না লোয়নবা ইন্সপেক্টর, এডুকেসন ডিপার্টমেণ্টকী অচৌবশিং অমস্তুং অতোপ্ অতোপ্পা অফি-সারশিংনা ফম্ফম্ চানা ফমলম্মী। গভর্ণরনা য়া ভাঙলমই।]

গভর্ণর—Now, I open the function, 'the inter states cultural meet—Centre Shillong.' I hope it is the first incident for the eastern portion of India. I am very glad to find such a function in this portion, and pleased with the managing committee. Actually I love them heart and soul. It is saying—division of citizens for the purposes of instruction, games, physical exercises, cultural activities, administrative activities etc. belongingness create towards the groups and ultimately towards the whole states.

**And it is a good way to know the different costumes and cultures of different people. It is very interesting. It may bring the opportunity to love the citizens of different states. Lastly, I appreciate the function much. Thank you !**

ময়াম—( খুবাক প্রোক প্রোক খূনৈ। )

পুলিশ—( ঘড়ি য়েংলগা চঙশিন্দুনা নাক্কন্ ওইরপনা য়াল্লিবা কাংশি অদুদা পুং ও তাবগী খুদম ওইনা হৈ। কাংশিগী খোঙ্গেম্না নেমথরকপগা লোয়ননা twist কী ফিজেৎ শেৎলগা 'জয়' খোয়গী কাংবুনা খোক্লক্তুনা সুপা সুপী পুম্না মায়-মায় ওনশিন্নদুনা খুৎ অনি-অনি পায়শিননরগা Slow twist তৌই। মখোয়গী তান্দা য়েংলিবশিংদুনা তান্ থানৈ। twister শিংনা মখুৎ মখুৎ খাদোক্লদুনা অথুবা তান্দা মথা মথাগী ওইনা অমুক twist তৌই। মতৌ অসুম্না মথল্ মথা অয়াম্বা জগোই কয়া ঈশৈ অমসুং পুংলোন হায়বগা লোয়ননা অমুক শানরকই। )

( মোত কা লোয়ননা পুংলোন্ হায় :— )

পুম্না --(থুনা)—ধগেৎ-নাগেৎ-নকধিনা /৩...

না-তিয়া — না-তিয়া /২ ...

( য়েংলিবশিংনা খুবাক খুদুনা তাল থাই। )

## ঈশৈ

,,: পুন্সিগী ঈচেলদা হোল্লি হিনা
থম্মোয়গী ঈপাক্কা তাউরি ঐনা
লিরি হৈনা চৎলি হিদোম্
পংদ' শিংদা পনথুং তাল্লি ।। ২ পুন্সিগী ...
নোংমা নংনা নৌরেল পায়রি
কায়দনা হোল্লি নংগী খোঙচৎ
চৎলি ঐখোয়' পঙ্কভুৎনা ।। ২ পুন্সিগী ....
ঐস্থ মাস্থ লাক্লি 'সিদা
হনগনি ঐখোয় হনভমদনা ।। পুন্সিগী ....

× × ×

( ময়াম খুবাক প্রোক ২ খূনৈ )

কুমারি—( সুপাশিংদা ওন্সিল্লগা সুংশি সুংঙোল খাঙভমদনা শুগৎ-লমলগা থম্বালগা খুৎ পায়নত্নুনা চেন্ শিন্ মিল্লথি । কল্লি-বশিংনা খূবাক খুই ; ঙৈংহাক্কুং কপোই লেপ্পী । )

গভর্ণর - Good ! good ! Then, Manipuri dance ( ওনশিল্লগা ) Police··· !

পুলিশ-ইন্স – ( শলাম তৌবগা লোয়ননা ) Sir !....[খরা চখোক্লগা] "ময়ামদা করিগুম্বা অমত্তা ফোংদোকচগে North easthern India গী অপুনবা Cultural meet অসি নোংমা নোংমগী চৎথরকপনা ঙসিদি Manipur গী

S.B.M.A. Association গী পাল্লি থোকই। হৌজিক ময়াম্না উবিখি্রবা অদুম্ন party অসিগীনি। মথাদসু উৎলকৃখিগনি। মসি হৌত্রিভৈগী মমাঙদা Association অসিগী মায়কৈদা গভর্ণরগী মিংহৈং অমুক হায়জগে। Association অসিনা অহানবদা All Manipurগী ওইনা শেমগৎ শাগৎপগী থবক থৌরম্‌ কয়ামুক পাঙথোক্লবা মতুংদা মণিপুরগী চৎনবী, মণিপুরগী সভ্যতা অমদি মণিপুরগী জগোই-ঈশৈবু অরাংবা থাক্তা থম্নবা অমসুং মতম কুইনা হিংনবগীদমক অরাবা মায়য়োক য়ারকই। অসিগুম্বা মখোয়গী জাতি অমগী লোন্‌ অমসুং সভ্যতা চাওখৎপনা জাতি অদুগী চাওখংনবগী য়ুম্‌ফমনি হায়বা বাখল অসি উৎদুনা Manipur Govt. না মখোয়বু পাঙ্গল হাপ্পীখি অসিগুম্বা নৌনা হৌগৎলক্লিবা নহারোলশিংদা মশা মশাগী মথৌ অমদি দায়িত্ববু মশক মুন্না খঙহনবা অমদি চাওখৎনবগী লম্বীদা মপাঙ্গল শোল্লবা Association বু তেংবাংদুনা লম্বী অসিদা তুংগী ওইনা লময়াল্‌হন্নকপগী দমক্তা মণিপুর Govt. বু থাগৎপগা লোয়ননা তেংবাংবগী শরুক্‌ য়াদুনা অসাম গভর্ণরনা Function অসিদা 'গোলড মেডল' ১২ অসি তেংবাংগদৌরিবনি।
(ময়াম খুবাক খুনৈ।)

ময়াম—Go-on! Go-on!

(ডাইহাক পন্থুরগা বুমাম্নিগা থম্বাক্‌গা মৈতৈ জগোই

শাননবগীদমক্তা মায়য়োক্লবা ম মৈকদগী চঙলকই। মথোয় অনিমক ময়েক নাইবা অমস্থং চাদর মতেক্রচিংবা নান-গদবা ফাজেং লৈতেং কথামুক য়াওহল্লহুনা চীংলেম্বা থোক্লকই। অংকোয়বদা নোম্ব নোম্বহুনা খুরুমই. মহু উবদা গভর্ণর অমস্থং ওকিসার শং, পুম্‌ঙক্‌ উক্লে।)

গভর্ণর - Police— ?

পুলিশ—Sir! Appreciate ...... ।

গভর্ণর—Oh! I see.

(ফম্নম্বদগী অকিসারশিংগা চপ্‌ মান্নবা হৌগংলক্লুনা উপ্রাক্লনা উপনা ২ খুরম্মকইবদু ওকই। অমুক হৌগত্ত্রনা মফম মফমদা ফম্লে। কুমারি অমস্থং থম্বাল মৈতৈ জগোই, ঈশৈগা লোয়ননা শাবা হৌরকই।

ঈশৈ

থম্বাল—চীংদা শাৎপা ইঙেল্লে
চিম্নদনা কেনখিবা
হা কল্লকই-কল্লকই দে ॥

কুমারি—ঐনা কেনপে কেনদেদো
মালংবনা হম্বগী কেনবনি
হা কেনবনি—কেনবনি দে ॥

পুম্না —মালংবা ঐস্থ কৈদৌদে
লৈরাংনা লৈথোক লোয়বগী
হা কেনবনি—কেনবনি দে ॥

ময়াম—Thank you-Thank you! Manipuri belles! thank you.

( ময়াম খূবাক খুই ; মখোয়মসু য়েংনরগা নোকাকৎ-
তৌনৈ। ঈশৈ য়াওদনা অথুবা তান্দা ঙগোই মথা
অমুক শাথৈ। জয়, রাজেন, নন্দ মখোয় অহুমসু বাঁশি
অমম্তং অতৈ যন্ত্র পায়খৎতুনা মখোয়গী ফজবা শেন্‌গৎ-
চল্লি। অসুম্না ঙাইহাক শারগা ঈশৈ অমুক লোয়নরকই।
ফমলিবশিংদু মথুং থাংগৎতুনা থেকপা য়াও, মঙক নোম্বা
য়াও, ঙগোই অচুগী রাগদা পূম্নমক লূপ্পী।
( কুমারিগা থম্বালগ পূম্না ঈশৈ শকই। )

## ঈশৈ

হৈরাংখোইনিদা! চানবা হৈনিদা!
সিবুদ থোইনা হাউবা হৈদি
চিন্দম্বা হৈনিদা ......।
মমাঙ লৈকাই থম্বাল শাৎলে
খোইমুনবু ইল্লে খোইরাবা,
শাবী লাউ লাউ চৎসি লাউ
কল্লকপা য়ামই কণ্ডাওবা য়ামই
মাঙদ থারোলাউ ....।
চেক্লা পাইখরবনা—পোম্বী
হঞ্জিল্লকপদা ...
চেক্লাগী কায়দোংফম খঙদবনা
পোম্বী কণ্ডাওনরেদো।

শাবী ইনেম মচা পাম্মুবী
চীংমুংগী সনা লোক্তগী
পাইবিরকলো—চেক্লা।
খামেন লোক্কী লোকমাঙদা
মোমুমা ৱারে পোপ্থাবা,
নিঙোল চাম্মা শিরগা
পাখং চাম্মা ঙাইনচীং
ৱারদনা তৌরমানে
পোক্খী কঙাওনরেদো।
শাবী ইনেম-মচা পাম্মুবী॥

(ঈশৈ লোইখ্রবা মতুংদা বাঁশি ১মুং অতোপ্পা যন্ত্রশিং হন্না ২ জগোইপী তানগা চান্নবা শক্লকই। মখোয়স্ থবুবা তান্দ নীং-থিনা শাই। অস্নুমা মখল মখা অয়াম্বা উৎলবগী তুংদা খুজেং লৈবীনা লোইশিন্দুনা খুরমই।)

ময়াম—(খুবাক খূবগা লোয়ননা)—very nice! very nice!
Manipuri belles, very good!

গভর্ণর—Thank you! thank you!—I shall distribute your final prizes now. You tell your Government that I help 12 special Gold Medals for your Manipuri dance. (হৌগৎপা)

ময়াম—(খুবাক খূদুনা মুংঙাইবা শোংদোক্লে।)

গভর্ণর—.... Police!

পুলিশ—Sir ! (সলাম তৌই —ময়ামদা) "করে, হৌজিক ঐখোয়গী তৌগদবা থবকসু লোইখ্রে অদুগা উৎপীখ্রিবা Manipuri dance অদুদা ঐখোয়গী Honourable Governorনা পেনবিদুনা মদুগীদমক্তদি Special Gold Medal পীবিরগনি । হৌজিক prizeশিং অসি য়েন্থোক্নবা তৌজরগনি । prize winner শিং, শেমশাবিরো ।" (টেবল মথক্তগী চে অমা লৌখত্তুনা পাবগা লোয়ননা কৌশিনবা ।) —'অহানবদা Mr. Rajen Singh !

রাজেন—(মনা লৌনবগীদমক চঙশিল্লকপা ।)

গভর্ণর—( Medal পীরগা মখুৎ শোকপগা লোয়ননা ) রাজেন সিংহ ! মেনি—মেনি থেক্স ।

পুলিশ—অনিশুবদা থম্বাল দেবী !

থম্বাল—(রাজেনগুম চঙশিল্লকপা)

গভর্ণর—(পীরগা) কোরি ? .... what's your name ?

থম্বাল—থম্বাল ।

গভর্ণর—হা—থবাল ? থবাল ?

থম্বাল—No sir—থম্বাল ! থম্বাল !

গভর্ণর—Oh ! থম্বাল ! —Thambal, what's your qualification ?

থম্বাল—Sir, My qualification is matric pass.

গভর্ণর—Matric pass ! good ! good ! thank you very much, thank you. (খুৎ শোকপা।)

পুলিস—অহুমশুবদা কুমারি দেবী !

কুমারি—(থম্বালনা তৌবগুম্না চঙলকপা)

গবর্ণর—(পীবা) হা—? কুমারি দেবী ! what's your qualification ?

কুমারি—Same qualification sir.

গভর্ণর—Hurrah ! মেনি মেনি-থ্যেঙ্কস । (খুৎশোকপা)

পুলিস—মথংদা Mr. Nanda Singh !

নন্দ—(মখোয়না তৌবগুম চঙলকপা )

গভর্ণর—(পীরগা) Mr. Nanda ! very good ! (খুৎশোকপা)

পুলিস—অরোইবদা Mr. Jai Singh !

জয়—(চঙশিল্লকপা)

গভর্ণর—Mr. Jai Singh ! (পীবা) good ! good ! thank you ! very much ! ( খুৎ শোকপা )

পুলিস—Now, According to our programme, let us turn to the 'Nehru Hall' for Launch !

(পুম্নমক মোক-নোক্লুনা 'নেহরু হোল'লোমদা চৎনখি)

—LIGHT OFF—

# অহিংগুম্বা শরুক

## ২বা উৎশা

মফম—শিলোংগী চাংগী লৈকোন্।        মতম—অবুক।

( চাক্লবা মফমগী ভরক ভরকপা মতমনি, জয়খোম্নগী কাণ্ডবুনি ; সুগী সুপা থুদিংমক নীংথিনা ফিজেৎ লৈতেংনৈ। থম্বালনা লৈ মাওবা চাগী বাস্কেৎ অমা পাম্বরক্লুনা রাজেনগা থৎনে-থৎনল্লুনা লাকই।)

থম্বাল—নত্তেয়ে, ঐবুদি ঐ ওইয়ে, নহাকপু ইকায়ম্রাও ?

রাজেন—নংনা নং ওইয়ে, ঐসু ঐ ওইয়ে; করিগী ইকারথিগদগে।

থম্বাল—ভাওশিন্নমুসে, কুমারিগীদি জয়না ফজবতা থল্লমগনি।
নানুঙ্' কেজবা থরগা পাম্রজবনে।

রাজেন—( লক্লবা ) লাইবক থীবী।........ করমদি ভৌনি—
ইরাইবক্কী হায়বক্লনি।

থম্বাল--ভাওবিরকমুসে.......মীনা থুরগদৌনা হায়জরকাওবদা...।
থম্মোয় শরিফা য়েংবিরিব'দ্রুরাও ;- সিদি নহোইগী...।

(শাউনীংবা ১দি নোক্লীংবগা লোয়ননা লৈ চাইথাইরকই।

রাজেন—(নোক্লীংনা) উম্—মথা—মথা— ?

থম্বাল—নং—ওসি—সে।

( হায়না বাস্কেৎনা রাজেন্দা লংশিল্লগা শাউনীংনা থর চৎখোক্লগা ফম্মি। )

রাজেন—ব্রজগী গোপীশিংনা মথুংতো কৃষ্ণদা ওইরকবগাক্ হায়রবা অসুপ্পা তৌরিগদ্রা—? ... .... সত্য। কৃষ্ণদু মুংঙাই-রমগনিকো।

থম্বাল—( মোক্লীংবদু খাঙলগা )—গুসি কপথোকচরকনি।

রাজেন—পম্মুং হায়রবদুদি অমথকনি। নীংবু থুংনি হায়রবদি মোকপা কপ্পনা শকওনবা লৈতে অমহানি।

( মতম অসিদা থঙংেগরনা 'নন্দ' না উপা অমা কপ্পা হাইর হাইরদুন চেনশিল্লকই। )

নন্দ—য়ুম্মাংঙে! য়ুম্মাংঙে! .... ... ...

থম্বাল—( ইকে ঙক্লা হৌগদুনা ) 'য়ুম্মাংঙে-য়ুম্মাংঙে' হায়না মথন্নত কি হুমজে। )

রাজেন - নন্দ! ... ... ...

নন্দ—( মথক্তা কোইয়েং য়েংন য়েংন ) হাও'বি য়ুম্মাংঙে য়ুম্মাংঙে।

থম্বাল—তামো নন্দ—

নন্দ—( য়েংথোক্কে, উপাদু তপ্পা ২ হাইদুনা )—থম্বাল্—য়ুম্মাংঙে য়ুম্মাংঙে।

রাজেন—নন্দ বাবু! ঐশিং থাজো হায়রগ্রা?

নন্দ—অদু ওইরম্ব য়ুম্মাংই—। ( খঙউ, উশিন্নবা ) এ! এ! য়েংঙু, তেনবা অনিথক হৈনৌ অমুনবা চাম্মিন্নরিঙৈদা মীগী মকোন্ থুগাইক্লরবা, চয়োইনা তান্নরকইবা কাক ইরাও থঙদবসি পাইশিল্লকপদা তেনবা অনি অসিনা নীংবা কায়নরিবসে। ... ... তপেংবদি কাক অসিনা মখোয়

অনিদা ডিস্ত'ব তৌবা নত্তে, মাগী কন্দিসন্না য়াদত্তুনা পাইশিল্লকপনিসে ··· ··· ··· ।

রাজেন—( য়ান্না নোক্লীংনা ) নন্দ বাবু। ··· ···

নন্দ—ভাবতি' তাইদনা —?

( রাজেনগা থম্বালগা খিৎচায়ম্রিবৈঙো নন্দনা তপ্না লৈখোক্লকপগা মায়য়োক্লুদুনা ইকায়ন্ননা হুৎ হুৎ লৈখোক্লে, অসুম্না অশিরক তান্ চানরুই ।)

নন্দ—( হায়গীগুদা য়েংলগা ) ······ ক্বাক অসি লাংকম্‌দদা লৈসে।

( রাজেনগা থম্বালগা কন্না নোকখোক্লকই )

থম্বাল—তামো নন্দ।

নন্দ—( নোক্ল নোক্ল লৈশিল্লকই )

থম্বাল - রাদি রারম্মদি, ঐগী লৈরোং মরি মণ্ডাদ হেকপীয়ুবা Texy ভারা ঐ পুখোকচগে।

নন্দ - হুব্ ··· য়াম্না লুরি, মখোয় আসাম খোইশিংসি মৈতৈলোন্ থোক্তমানে য়ুম্থাংঙে হায়বগাক অমত্ত তাদে, পংচিক্তা চীকপী কাৎনি।

রাজেন—নন্দ বাবু। ওম্মোই হায়বিয়ু।

থম্বাল—তামো নন্দ—।

রাজেন—নন্দ বাবু—।

থম্বাল - ইয়ে-য়ে—। ( শুপৎলি )

রাজেন—উঁম! য়ে-য়ে—।

নন্দ—থম্বাল।

থম্বাল—কৌবিরকনু ......... ( লৈথোকখিবা )

নন্দ—আই। আই। ঐদি হায়খিদ্রিহায়। য়েংঙো....শাউরব্রাও?
নং য়াওরবদি খোইমু লাবা, পাখোনশীবা য়াদবশিংদো
—চীক্তবসু য়াই, হেকউরসি লাকও। পংবাং য়াংনদি
কাও হায়রকনুকো থম্বাল। ( চৎপা হোই। )

থম্বাল—( বাস্কেং খুল্লগা মতুং ইল্লি। তুং হন্না য়েংলগা রাজেনদা )
লৈজহৌরো মুংশিরৈ নংগীসু য়াওনা খুরম্বীরকলগে।

নন্দ—রাজেন। মণিপুরদা ঐগীদা অমুক কো। — কো।—
খঙ্নি হন্দক্তি মৈতৈলোন. থোক্তবা আসাম্' থোইশিংহু
হিন্দি লোন্সিনগে।

( নন্দ-না মাঙ থাদুনা থম্বালগা চৎমিন্নখি। রাজেন-না
চৎখ্রিবদুদা য়েংই, থম্বালনা মরক মরক্ত তুং হন্না য়েং-
থোক্লকপদা চান্নদুনা মানা য়েংলকপগা য়েংদবা হেক
শাগিন্নৈ। মদু উবদা থম্বাল লোন্না নোক নোক্তুনা চৎখি।)

রাজেন—হেরা। নন্দ হায়'সি মুংঙাইখিদ্রেদা........। ( প্রপ্রপ
ইন্নখি। ঙাইহাক পন্থরগা জয়না কুমারিগী খুদাং
পায় কুমারিনা লৈ য়াওবা চাগী বাস্কেৎ অমা পায়,
তুংথ-মাঙথ লাকই। )

জয়—কুমারি। শিলংসি কজদরা? য়েংঙ্নে—চীংয়া তম্য়াগাসি
পুমশং শংঙদনা, অচীকপা মকমশিংসি লাইরেম্বীগাসু
লৈরমগদবোই নীংব্রা? ঐদি ঐখোয়গী মণিপুরনা
চীংনা ইকোয় কোয়শিল্লবসু পুক্লিং হকচাং য়াওনা খুক

লাওযদি শিলংগী চীংদোমপোক অসিনা মহেল্লি।

কুমারি—মশানা তাবনি, উদ্রুনতা লৈরবা পোৎশিংদগী উথোক্নুনা উবা পোৎনা মিৎ থনবা হায়বসি প্রমাণ নত্তে।

জয়—থাজদে।

কুমারি—মরমদি ?

জয়—মরমদি-পুদ্রুনতা লৈরবা সুংশি পোৎলুম অসি, কুইর কুইরগা নোংমতা য়াংঙকই হায়বসি মীত্তোন্দদি খঙদে; এগী ইকমদদি কুমারি—অমুক ফাওবা থোকখিদ্রে।

কুমারি—অদুবুদি নবুক কত্তবগী মহয়নে:

জয়—হুম্। অদু ওইরবসু কুইমল্লে। মী অমদবু অমুক কুইনা ঘাহল্লিবা ঈশ্বরসিসু নরভস্ ওইরবজাৎনি।

কুমারি—( নোক্নীংবা ফাথরগা )—মীওইবন। মাগী মাগী থবক থৌরাং মতুং ইন্না সু'ঙাই নত্রগা সুংঙাইতে, মরম অদুনা মীওইবনা মশাগী লাইবক মশানা শেমজবনি, ঈশ্বরনা নত্তেয়ে।

জয়—অদুদি, চামিন্নবা হাউই, লৈমিন্নবা সুংশিনৈ, পুমিন্নবা য়াংই হায়নবগুম্ সুংশি পোৎলুমসু ইশানা শীঞ্জদুনা কনাগুম্বা অমগা পুমিন্নরবদি য়াংগনিকো ?

কুমারি—অঙাং নিংঙাই চাউবগা হেক মান্নরদনা—অসিদ হায়-হনগদবগী, হো য়াংগনিয়ে, য়াংগনিয়ে।

( মতম অসিদা সুপা সুপী পুন্না নোকমিন্নরকপা তামনা তাই; জয় ১ সুং কুমারি অনিসু ওক্না য়েংথোক্লে। )

জয়—( উবা ) হাই ! রাজেন নত্রনে অ'দা মতোমতা কাথৎথি্রবা
অসিবো ?

কুমারি—অসিগী মমাঙ ওইরপ্না উশা নোম্মিবা অসিনা তাম্মো
নন্দ ওইরমগনি ।

( মথুং পায়নরগা চেনবা হৌই । )

জয়—Rajen । Ra—jen—wait ! wait ।

কুমারি—Thambal ! Tham—bal ।—Please-wait,please ।

জয়—Ra—jen এ ।……… ( খঙতু তুশিনবা )

কুমারি—( মিপাইনা ) ইমা— !!

জয়—( খোংগ্রাও শিৎকত্তুনা য়েংবদা খুরাইদা ঈ থোক্লন্বা )

কুমারি—ইস । চৎপা য়াখিদ্রা ?

জয়—চৎসি হায়রগা নংগী রিবোন্দু পীরোদনা ।

কুমারি—সুংঙাইবিরো— ।

জয়—সুংঙাইথর সুংঙাইতবরা ! পীদ্রগা হেক চল্লে ।

কুমারি—থেঙঙ্গে চৎসিবা ?

জয়—আই ! মীনা হায়রগা ফাগি ওইরবোই নী'মানে, খঙঙবরা
নং ওইরবদি ঙসাইনা কপ্পদৌনি, ঐখোয়দি কপ্লিদ্রিবনি ।

কুমারি—অদুবু হৌজিকপু কপথিদৌরিবরাও ?

জয়—পীয় য়াদ্রবদি কপথিনি !

কুমারি—( থজিক্কং য়েংলম্নগা লৈথোক্লনা নোক্লীংবা খাঙই )

জয়—ফাগি নত্তে কুমারি, থেঙঙ্গে । রিবোল পাম্মুরগা ঐ লম্বী
অশম্বা তাকে থরা পোবিরোদনা ?

কুমারি—( য়াম্ন নোক্রীংনা ) অপিশক্লিনা পোড়ুঙাইদনা।

জয়—হোয়নে, পোবু পোবিনি হায়রবদি থুনা চৎসি য়াই, থেংনা চৎসি য়াই, নংনা চৎনীংবা মতমদা হোদোক্লকউ।
( য়াম্না নাবা শাশিন্নড়ুনা তুমথখিবা )

কুমারি—হৈমা। অমুক ঙাওশিন্নরগুবা?

জয়—ঙাওশিন্নরিবরাও সিবো? চৎপা য়াদ্রে হায়রিমক্তুদ—।

কুমারি—অড়ুদি ঐ চৎলম্মগে?

জয়—চৎচখোদনা। ঙসাই চা হেকহোবা অমুবা ময়ামড়ুনা মরাই' ফাজখিনি।

কুমারি—ইমা!! ( কিনা চেনশিল্লক্লগা জয়দা ইকায় মুংশি য়াম্ননা ফ্‌ই ]—"হোগৎলো-সে—।"

জয়—অয়ে! ইন্—। [চৈকম নান্ নান্দুনা হোগৎলকই।]

কুমারি—[ঙাইঙমদনা] লাকও—। [চৎপা হোই]

জয়—[খোঙ্ শেক্ল শেক্ল ভপ্পা ইমৈ।]

কুমারি-থম্বালনা শোয়দনা নোক্লরম্মনি; হোরেন লক্লগদোসিনা—

জয়—কির হায়না লক্লগদোরিবা?

কুমারি—খঙদে, ঙেং ঙেং ঙৌরগা [লোম্না য়েংড়ুনা]' জয়' হেক্ত হায়নে।

জয়—নংস্থ 'রাজেন' গাক হায়' য়াত্রাও।

কুমারি—ইকায়জৈনে—খঙওবা।

————→

জয়— [খোঙ খংনা – নাড়ুনা ফমথরগা পায়শিন্দুনা থাঙই।]

কুমারি—( লৈহোরে হায়বা খঙদনা অড়ুম্ চৎলি, রারিস্থ শাই।)

"নহান্ ঐ'খায় অনি পুখি্দা ঊশিং চাংশিন্নবা সুমিত্ত্দি খম্বাল' ঐখোয়'বি চান্নবা খংনরবনি। (নোকুনা) হা হা হা.........খল্লবস নোকস্থ নোক্লীংই। অদুবু চান্নবনস্থ শাওনীংদে। মানা অদুম হায়না নহাকা পন-ফন্দুনা তোয়না লক্লরকপসে, ঐস্থ মপান্‌থোংফবুদি শাউ-নীংবগী মওং মতৌ উৎলি অদুগা খংম্মোহদদি মানা অদুকী মতিক তোয়না পল্লিবমখৈ নং ঐ সুংশিনবগী মরী অসি নক্‌শিন্‌লক্‌ইবোহ নীংই।

(কুমারি হেনগংহে জয়স্থ মতৌ'যে দুনা লৈরম্বদগী উ অমগী মরুমদা শাকথদুনা চওশিল্লগা লক্লগদবগী লোংলি।)

কুমারি—নং ঐ শক খঙনবা নৌরিইঙৈদদি নীংজিং মাঙজিং সুংশিবগী চাংসি পীক্লা লৈহন্মী অদুবু ঐগী ইশাগী অবস্থা অসিদা নোংম-নোংমগী চহী মশীং হাপচিল্লক্লিবি মখৈ নংবু ঐনী সুংশিবগী চাংস্থ ঙমখৈ লৈতনা হেনগংলকই। .....সুংশি-নবগাক হায়দুনা মস্ত্র শাম্নবরাও?

জয়—[ লক্লদুনা কৈগুম্না হৌনা ঙংই। ]

কুমারি—[ খংপ্রেক খংই, চপ্ লেপ্লী ] ইমা!! করিনো? হৌজিকীদু তাহৌদ্রা? [ কিমা ] ইস ...য়েংঙ্! আদস্থ শক্তি অনি হম্ন হম্ন য়েংদুনা চা-বাগান'শিদগী খৌশাদুনা চেপ্পোক্লক-ইবসে; য়েংঙো..... !!

[ তুং হেক ওস্থোক্লকপদা জয় লৈরমদদুনা "ইমা!" লাউদুনা পুমঙক ওকই। কপনীং কপনীং তৌদুনা ভথক ২ য়েংলগা

কৌই। "জয়! জয়! জয়!!" [চেম ২ কৌই, কৌর কৌরদুনা খিবদা জয়গী তুংলোয়দা মানা তৌরিদু উদুনা মতোমদা লাঙগনু হায়না খুৎ হাইজদুনা লোয়া জয়গী তুংদা চঙখি ]।

জয়—( উ মরুমদগী গুক লৈথোক্নুনা মাঙলোমদা য়েংবদা উত্রদুনা)

আই! আই!। লৈত্রেনহে। মরাই' থোকচরকনি।

( হায়রগা ক্রায়গুম শক লোংলগা অমুক হংই। ]

কুমারি—[ হংলকপদুদা চৌন খুমদুনা নোক্নীংবা থাঙই। তপ্না চঙশিল্লগা মতুংলোমদা মশম্ খংপায় পায়দুনা চিংই। ]

জয়—ঈ!...... [ খংপ্রেক খংই, থক থক নীক্নুনা লোংনা য়েংখৎলকপদা কুমারিনি খঙলদুনা ]

কুমারি। ঐ লালে। ঐ লালে!

কুমারি—( মকোক্তু, গুরু ২, নৈ. চৈ খল্লগা অমুক কই। )

জয়—[ মখোঙ শেরু-শেরু চেল্লি। ]

ঐ লালে! ঐ লালে। কুমারি! ঐ লালে।

( মখোঙ শেরু ২ চেনখি! কুমারিসু ফনা ২ তায়খি )

←

LIGHT OFF

## অনিশুবা শরুক

## ৩বা উৎপা

মফমঃ— লম্বী। মতমঃ— মুংথিল।

( নন্দগা যুগোল ( মুক্তা )গা—ৱারী শানদুনা য়াম্না মুংঙাইতনা লাকই। )

যুগোল— ইবুংঙো নন্দ !!

নন্দ— লাওনে খুড়া! খুড়ানা অদুম হায়না পি নৌরবদি পুম্নমক য়াররোই।

যুগোল— ইবুঙো!! খুড়া, হায়কম থঙদে; হন্দকী থৌদোক অসিদি ওন্থোক্লা মুংঙাইখিদ্রে। হায়যুগবা ইবুংঙো! নখোয়গদি খোঙবু ওইমিন্নখিবনি হায়, করম্না খুদোংচাদবা ফিভমদা লৈরদুনা রাজেম্না অসি য়েনা শাথিনা শোকখিবনো?

নন্দ— ইস—ঙরাংগী থৌদোদু—খুড়া, তমকম খঙদ্রেদা, অকিবগী মশক্নি। অশেংবমক্তি মদু-মখোয়, ভুপীশিংবু ফাগদবগী হাম্না সজেসন তৌদুনা লৈবা কাঙবুনি হায়; মখোয়গী মওং মতৌদুনক্ষু মাল্লি।

যুগোল— করি ইবুংঙো! থম্বালখোয়বু ফাগদবগী হায়দগী থৌরাং তৌরবা কাঙবুনি হায়বা?

নন্দ— হোয়, কীমু শেৎপা মখোয় ভরেৎ অমা তোঙানবা কার অমদা

ভোংই অদুগা অভোগ্না কার অনিনা তুং-মাও গার্ড তৌদুনা ঐখোয়না তুংদা কন্না তান্নরকপা জাৎনি। অদুগা ঐখোয়না তোংলিবা গাড়ী অদুস্থ হান্না চয়োলমুকী মমাঙদা মী শোক্লমদুনা Police না তান্নবিবা গাড়ী ওইরম্মে, তুংদগী লাউ-খোংদুনা কন্না তান্নরকপদুদা মাবু ওইরবোই নীংদুনা মমাঙদা চৎলিবা গাড়ীদু হেনগৎকে তৌবদা থেংজিন্নরে। মতম্ খরা ঙাইহাক লেপলিউভ অদুদা তুংদগী শিংদুস্থ থৌজিল্লকএ অদুগ মখোয় তরেৎ ফন্ ফন্ চোংথোরকনা গাড়ী মথক্কদগী থম্বালবু চিংথপদবগী হেক্কা তৌই। মদুদা রাজেননা মতাই থংবদুদা মানা মওংত উরদুনা থিংজিল্লকইবা খুংশিংদুদা পুম্না খোঙপাক্কা কাওথোকখিবা জাৎনি। অদুদগী মাবু চিংথরগা হেক্কা য়াল্লম্বনি। তাঞ্জা অদুদা মী শোক্লম্বা গাড়ী অদু ফাগদবগী Police গাড়ী অমা লাকই। মদু উবদা মখোয়দি ফন ২ চোংথক্কনা মখোয়গী গাড়ীদা য়াঙনা অদুম্মক চেনখরে। য়াম্না তৌবা ওক্কা কাওদুনি। গাড়ী নম্বরগাক লোইনা লৌথোক্লকই।' Police লাক্লমত্রবদি খুড়া। ঐখোয় ঙরাং অদুম্মক শিরম্মনি অদুগা থম্বালসু অদুম্ ফাখ্পনি।

যুগোল—ইস !!.... হরে কৃষ্ণ ২। ডাক্তরগী মত্পু করি হায়রিবগে?

নন্দ—ডাক্তরগী মতসি খুড়া, (মশা পুম্নীক নীকই, কোয়না য়েংই।)

মশি থম্মোয় শোনবা সুপীশিংদগাক তাহনবা য়াবা নত্তে;

ডাক্তরগী রাঙাওদা- আশা ৈংতে।। কোক্তম্থ থোপ শোকএ হায়রি অতুগা থজিন্দা থিনবা থাংখূন অহুমড়ুম্থ থবোন্দী শোকএ হায়! ইস—ঐ হায়কম খঙদে।। ( পি- শিঙ্খুরকপগা লোয়ননা ) করিগুম্বা মীয়বাক অসিদা মহাক্না ঐখোর পুম্মকপু থাদোক্লুনা চৎখ্রবদা ... ...।। য়েংঙ, খুড়া ।। পীশক পীক্লিবৈঙদগী চাক চাকলূক অমত্তদা চামিন্নবা হায়বদ, চামিন্নরকএ অদুগা সমাজগী থৌদোক থৌদাংদা ঙসি কাওবা তোই মাই হায়নদবা ইমা অমত্তগী মচাগুম্না পুকচেল্ খোয়জেন্ ভিন্ননা অরা মুংঙাই কয়ামুক খাঙমিন্নরকএ, মসিদা ঐখোয়না তৌগদবসি করিনো-।। ঐ হায়কম খঙদে..... ।।!

যুগোল। ( পি তৈথোকই )—ও। ঈশ্বর।, পুম্মক, নহাক্কী থৌ- জান্‌নিদকো চে—প্রভু।।

নন্দ—অংগা য়াম্না লুবা অমনা মহাক্না ছরাং ভাব খরা থম্না ভারকপদা মাগী ইমুং মমুংগী মী কন্না থিরকই।

যুগোল—( কপ্না ) ও।......

নন্দ—( ইপা পাখংনা ) ঙাইখো- খুড়া। য়েংউ—অদা থাঙ পায়দুনা ফিমু শেৎপা নিপা অনিনা থাম্মিবসি ঐখোয়বু নত্রা?

( নকশিন্নদুনা য়েংমিন্নে অমম্বুং চপ্‌ মান্ননা কৌনৈ। )

যুগোল—নন্দ।

নন্দ—খুড়া।

ঘুগোল—মানি, মখোয়না খাম্মিবসি. ঐখোয়বুনি !!

নন্দ—খুড়া ! লাপলিডৈদ্রা ঐখোয়'নিগী tactics শীজিন্নহৌসি চেন্দুনস্থ খুদোংচাবা ফংলরোই । মরৌ চাউখ্রবা আসাম্ মচা ডাকনিকো ; খুড়া !! চৎলো—লোৎলুরো......।

ঘুগোল—ইবুঙো—চ্যেকশিল্লকো ।

(হায়রম্মগা কি শেমদুনা লম্বীগী নাকন্দা খরা চঙশিন্দুনা লোৎলি । Light move & change নন্দ-না উদবা শাশিন্নদুনা য়াম্না মিংশিং নাশিংনা চৎশিন্নৈ । ডাক্তা অসিদা থাঙশাং পায়বা অরোনবা মুপা অমা ইচঙ থোনা চঙশিল্লরুগা নন্দ-দা থাঙ হাইগত্‌না )

অরোনবা মী—You ! take your scheme.

(হায়না থাঙস্থ হাইখরকই । নন্দনা পাকখদুনা শৃৎ নাম্থোক্তুনা পালহলহৌদে । মায় মায় ওন্সিন্নদুনা মখোয়'নি খুদোংচাবা ডাইনদুনা ধম্কা তৌনৈ । লোয়ননা নন্দনা 'ঘুগোল-দা' ইঙ্গিৎ তৌই । খঙহৌদনা যুগোলনা তুংলোমদগী হৌগৎলক্তুনা থাঙগা কোয়না মথুৎ অনিত্র্র স্থপ্পায় পায়শিল্লি । ডাল্লক য়েংবুনা নন্দনা চঙশিন্দুনা থাঙ মুল্লি । )

নন্দ—You ! what do you want ?

(থাঙনা মবুক্তা নম্মি । )

অরোনবা মী—( য়াম্না কিনা ) Friend !......Excuse me.

নন্দ—Excuse ? হুম্—পাখা !

( মবুক্তগী থাঙ লোথোক্লগা মথক্সাইদা ওয়া ২ থাই ১সুং মথবাক্তা খুদুম্না শুদুনা থীনা কৃই। যুগোলনা তুং- লোমদগী কয়া ফুরক্লগা মঙকশম্ পায়দুনা ইল্লকই। নন্দনা অমুক ওক্কুনা থিনবগা কাওবগা তৌরগা কয়া ঈল্লী। অসুম্না কুইনা ওক ওক্কুনা ফূরবা মতুংদা মকোক ঙাওদুনা তুধখি। নন্দ-গা যুগোলগা তিঙক মায়ঙক্লনা য়ে'নদুনা লে। মতম অশিদা মায়য়োক্লবা মায়কৈদগী ফিমূ শেংপা নিপা অমসু থাঙ উৎলদুনা মরোন্ খোই- তক ২ লাউদুনা চেনশিল্লকই। )

সুপ — মণিপুর মচা! অমত্তা চংখিবা য়ারোই।

নন্দ — হুম্! চিৎথহৌগনি মতাঙম্ মোংকল্লি খঙন খঙনা মথক্সাই পুদুনা লাক্লি।

( থুনা চোংশিল্লক্কুনা নিপা অদুনা নন্দদা য়াল্লি; নন্দনা থাঙনা ঙাকথোকই। অসুম্না কয়া ১সুং শাথিনা মখোয়'নি থাঙ য়ায়রি। নাকন্ অপদনা তুম্বিবা নিপাদু হৌগৎ- লক্কুনা যুগোলগা কয়া মুক্লদুনা নম্নরি। ( Light move & change ) নন্দনা নিপাদুগী মথুত্তগী থাঙদু, থাঙনা কম্বুরগা মথবাক্তা থিল্লি। মহাক লোংনা হাইধখি। যুগোলগী মথক্তা নম্মীবা নিপাদুনা অমুক চঙশিন্দুনা থিল্লি। সুপাদুসু শিৎনা তুশিনখি। যুগোল, হৌগৎলকই, মখো'নি স্বর মপী হোম্থবিয়রগা চপ্ মান্না কৌনৈ। )

নন্দ — খুড়া — —।

যুগোল—নন্দ——!

নন্দ—( লোম্না ) খুড়া মখোয়শিংসি মকম্ অসিদা অগম্ থম্লবদি ঐখোয় শোয়দম। অরাবগী মথক্তা অরাবা তাবা তারে! খরা থাপ্না অমুক্তা পুথোকখিসি।

যুগোল—ইবুঙো। খুড়া পুথোকখিগে, নং মী য়েংউ। ঈশিংদা হেক্ত লংথখ্রগ লোইরে।

নন্দ- থীরে খুড়া। চোকশিনবিয়ুকো।

( যুগোলনা থাঙগ। লোয়ননা সুপা অমা পুথোকখি। ভাইহাক পন্থরগা অমুক চঙলকই। )

নন্দ- ( লোম্না )—"খুড়া!"

যুগোল—ইবুঙো !!

নন্দ—( থুনা চংলু হায়না ইঙ্গিৎ তৌবা। )

যুগোল- ( প্রপ্রপ পোখৎতুনা অমমুক্ পুথোকখি। )

( ভাঙ্গা অসিমক্তদা জয়না ওম-তৈনবা মায়কৈদগী ইপা পাখৎনা চেনশিল্লকই। )

জয়—নন্দ !! নন্দ——ও !!———( মথা তাদনা কপ্পা )

নন্দ—নত্তে—জয়! Police—? ঐ! ঐ মীহাৎপনি—ঐ মীহাৎপনি !! ঐ মীহাৎপনি জয়......।

জয়- ঐনি নন্দ, ঐনিনে। করি——?

নন্দ- জয় !! ( লোংনা জ্ঞান্ য়াওদনা তুথখিবা )

জয়- নন্দ—!...... ( হায়দোকপা ঙমদবা )

যুগোল—(চেনশিল্লক্রগা অনিমকী মতৌদা ঙক্চামবা ১মুং চঙ-
শিন্দুনা থুনা পমথৎপা।)
"নন্দ!"……নন্দ বাবু!!

নন্দ—(ঙরঙদা য়েংদুনা হৌগৎলকই।)

জয়—নন্দ!! রাজেন্ operation দগী হিল্লৎলক্লে!! রাজেন,
কৌবা থুমবিরেনে নন্দ!! ……… ও!! ……

নন্দ + যুগোল—করি! রাজেন্ শিরবা!
(হায়না খোনগাইনা লাউত্তুনা অমনা অমগী মখোঙদা
ভুশিন্দুনা কপ্পী)

যুগোল অ! রাজেন! রাজেন!! করি মতৌ কৌবগেনে—
ইবুঙো!! ও! রাজেন……(ওম খোইনা কপ্পা)
(মতম অসিদা থম্বাল অমসুং কুমারি অনিমকসু রাজেনবু
কৌর-কৌরত্তুনা চেনশিল্লকই।

থম্বাল—(কপ্প২) ও!! রাজেন্!! খুড়া! ও ………।
(যুগোলগী মখোঙ কোন্দুনা কপ্পা।")
অ … রাজেন্!!! ——লৈপাক্কী সেবাদা চিংনবা লৈতনা
মপুন্সি কৎথোকলবা, মীগী থরাই কনবদা নশাগী থরাই
থাদোকপা ঙম্বা মচাক্লা ঙসি থাঙথক্লা পুন্সিগী লমজিং-
বিরম্বশিংবু চিন্তাগী ঈয়াইদা থাদোকপীরম্লগা পুন্সি ভাংলৌ
থঙদনা আত্মা স্বর্গতি হায়না কায়না ফীজৎনা থল্লম্লগা
মুনিৎকী লৈপাক্লা মপাং কনা য়াওদনা চৎখে!! চৎখে
হায়নসু মহাক্পু ফিজী ফিনা পায়দুনা য়ানগনি হায়বগী

পাঙ্গলসু পীবিরমজ্রে !! ও।। ··· রাজেন ।।

( পুন্নমক হৌদুনা কপ্পরকই। )

জয় – রাজেন ! রাজেন — লাকও। ঐখোয় হৌজিক মণিপুরদা অমুক হল্লনি, ইমাগী নাকা অমুক চৎলগনিনে রাজেন !! নং রাওদনা হনগুগা অপোকপী ইমানা খঙদবনা তয়াম'চোং নং ঐগী থাইনতৈগী শোরোক রাংবী থক্তুদা ইচাপা। নখোয় লাক্লবরা ? রাজেন—কদায়। ইমা পোৎলুম ওক্তে হায়না চেস্থোক্লকপদা করি খুমগদেনে মরুপ !! ও – রাজেন ।। মরুপকৗনি হায়দুনা মিৎকী পি নগুনা অতৈ করিসু তুংইগ্গবা ঙমদে, রারৌগসুকো রাজেন !

( পুন্নমক বোম বোম তুদুনা কপ্পরি। মতম অসিদা গভর্ণরগা লোয়নবা police তু চেনশিল্লকই। )

পুলিশ--( মখোয়গী মতৌ উবদা কোক পায়দুনা থাওই, পি তৈথোক্লগা ) —"সে-সে, রে'ঙোই জয়। খন্নাল ! হৌজিক ঐখোয়না মহাকপু মরুপনি মপাঙনি হায়দুনা কৌদুনা কপচ চোংজবদগী হেন্না ঐখোয়গী পাঙ্গল করিসু লৈতে। করে চৎখ্রবা— মহাক ! চৎখ্রসনু। ঐখোয়সু নোংমদি মহাক্তা মতুং ইন্দুনা পাকচাউরবা —' মালেম পৃথিবী অমদি মুংশিজরবা ইমা-ইপাবুস কায়নগদৌরিবনি। শিংদবা রাত্রবা, তোন্দুনা লৈরবা, পুহৈদ্রবা লমন অমা ঐখোয়দা তোল্লিবনি ; মহাক্তা থরা হান্না তমথিরবা লমন অদু শিংখিবতনিকো। মসিদা থোইদোক্না ঐখোয়না

ভক্লিংঙাই ,দি লুন থম্বনিংঙাই লৈতে। হিংদুনা লৈরিবা পুন্সিশিংগী চৎনলোম্নি। অদুগা ঐখোয়গী তৌগদবা হায়বদু মহাকী আত্মানা শান্তি ওইকনবগীদমক্তা জগৎপু শেম্বিরীব', অমম অঙানবু তথৌরিবা ঈশ্বর মহাকী মফমদা চঙজবা নিজবগা লোয়নন। ভমজবা হৈ-লৈ থম্বদং মহাকীদমক কৎলুসি অদুগা, রাক্সেন সি হনা মরৈ-পাক মজাতিগীদমক্তা করি করম তৌদুনা সেবা তৌরম্বগে হায়বদো মহাকী পুন্সিগী ইতিহাসতা "সনাগী ভকমান"না সাক্সিনি। অদুনা মরাম্না মপোৎ কারবা কল্রবা হোষ্টাইল কাঙবুদুগী অনিমদি মশা মতোম্নতা থাঙনা থিন্দুনা শিজ-রগা ঈশিংদা লৈরম্লে হায়না হায়নহৌরি।

থম্বাল—(লেপ্লম্বদগী জ্ঞান য়াওদনা লোংনা তুথখি।)

কুমারি—থম্বাল! Sir! থম্বাল কৈনো'মা তৌখ্রে!!

(মকোক পমখৎলি; মরামম্ব কোয়য়োম য়োমশিন্দুনা লাঙতক্লনা লাক্লে।)

মরাম- থম্বাল! থম্বাল!! থম্বাল!!

পুলিশ—ভাইখো! ভাইখো! কুমারি মকোক্কু নীংথিনা পমখৎপীয়ু জয়। নখোয়ম্ব য়াওশিল্লু। হোসাপতালদা পুননবা। পাথৎকম্বু-পাথৎকম্বু। করিমত্তা তৌরোই পাথৎকম্বু। (মুয়াম ইলাঙ লাঙনা য়োমশিন্দুনা থাংগৎলগা পুখি।)

---

**LIGHT OFF**

# অনিশুবা শরুক

## ৪বা উৎপা

ময়াম :—( মণিপুরগী ) নারক্ত চেম্বা তুরেনগী মপান্দ।

চৎপা—লম্বী। মতম : -সুমিদাংবাই।

রজনি—( লৈহাং মচুগী ফিশিংতু অতোপ্পা ফি অমনা য়োংশিন্দুনা পোৎয়োম্ ওইনা পায়রকই। ইচম চম্না নহা ওইবীগী ফিজোন্দ ফি মতেক অরাংব অমা নাকন্ অমতমক হাই-গৎতুনা ইল্লকই। তুং-মাঙ ইথক থক্কা মী উথ্নি মতাগুম য়েদুনা লোম্না ঈশিংখোং তাম্না চঙশিল্লি )

"ঐগী ফীজোন্! কজবা ফীজোন্, ঐগী য়েক্রবনি। নংনা মীহৌচাউবা মীগী থিৎয়েং চিংশিল্লুনি, ঐগী সতী ধর্ম কায়খিনি। নত্তে নাত্তে। মতুনা ঐগী অপাম্বা নত্তে, ঐগী পুন্সিগী শৈহোদা সুংশি শৈশক তম্বিখিবা মহাক্তনা ঐগী ইবুঙোনি। হে ঈশ্বর নহাক্তি ওক্তবা ওক্তবা[illegible]ংগী অমত্ত ওইবা মপুনি, ঐগী ইবুঙোদি তাইংঙ্ মিৎয়েং কিজবী, নীংবা কায়বতনা ইথোৗদাং ওইরবী মনাইসুবী ওইঙগনি। মানি ঐনা ঐবু শক থঙজৎদগী ঐগী ইবুং-ঙোদা ঈশ্বরমক্তা চাংদম্লবা ঙমলিবনি।"

( ফমথতুনা মখোম থম্মি, খুৎ লোম্নতুনা লাই নীংই মতম অসিদা কৈ অয়া কমা চেম্লকই, মহাক উবদা তাখিনি

মতাগুম লোম্না পাকথদুনা তুংলোমদা চঙশিল্লি। মহাক ভাইহাক্ ধ্যান্ তৌরগা নোম্বদুনা খুরম্মী. মহাক্না লেংবদা কৈদু চোংথোক্লকই, অমুক মনাক ভাম্না কন্ চোংশিল্লি। রজনিদি খঙদ্রি ১মুং লাইখুরম্বদগী হনগংলক্লি। ভাম্না অসিমক্তদা মকোই মরাংনা ফিভম কায়রবা 'সরজু'না থাঙশাং অমা পায়দুনা কম্না লাওদুনা চেনশিল্লকই।

সরজু - হে! ......... [ কৈদু কম্না চো থোকখি। ]

রজনি [ খংপ্রেক খংনা হৌগংলগা মায়কৈ খঙদনা চেল্লকই। ]

সরজু—[ চেনশিল্লতুনা রজনিগী খুদাং তাপ্ পায়রগা তুংলোমদা চিংশিল্লি অদগা কৈরোমদা অশিঙননা লেপ্পী।]

রজনি—[ পায়খিবা খুত্ত, মখুৎ অমনা কন্থরম্লগা কৈরোমদা চেন-শিল্লকই। ] 'থাদোকউ অথৌবা। নঙনা ফিজোন্ অসিদা থম্মোয় পেৎলম্বা য়াই, খঙদবগী খল্লবসু এদি ফিজোন্ অসিগী মপু নত্তে পুকচেল খম্বল চাওগনু। ধর্ম্মদা খুৎ থিংজিনবিগনু।'

সরজু - সুপী! ঐবু নহাক্না চিংনরবা....... । অরাবনি!! অচুম্ববু অচুম্বনা ফারবদা কনানা শক খঙনহনবিগনি।

রজনি—কান্নরোই অথৌব', ওইদ নাচোম শেমদুনা নম্থাক্কী লৈনম্না হুবা ভম্বা থম্মোয় নত্তে।

সরজু—চুম্মী, ঐনা নংবু থাজহন্বা ভমদবা য়াই, ঐগী পুকচেল্লবুসু নহাক্না কৈদে সুংদা শকখঙবা ভস্লোই। ঐ দেশ ব সিনি ফত্তবশিংবু মশা থাদুনা অফবা য়েনিং হুৱনবা শেম্লব ইমক

হীংবা মণিপুর ইমাগী মচা ঐনি থাজো। (খোঙকাপ্ অমা থাংজিল্লি।)

রজনি—(কৈ য়োমদা খে'ঙকাপ্ অমা থাংজিল্লি।) দেশ বাশি—? রাঙাও অদুনা নশাবু থাজহন্বা ঙমদে। লৌনম্বগী খুদম্নি। অরোনবা ফীজেৎ শেত্তুনা ধম্ কাগী খুৎলাই পায়দুনা অত্যাচার খুভম তাল্লিবা শকখঙদবা নঙগী =নাক্তা নকশিন্দুনা পুন্সি লমচৎতা লংজগদবগী শরুকপুদি কৈ অসিগী ময়াদা তাদুনা নীংবা থুংদ্রিবা পুন্সি অসি মাঙহনখিবনা শরুক চাম্মা হেন্না কৈ।

সরজু—নহাক্ম্ পুকচেল চেৎপী, শক্তি চেম্বী, নশাবু নশানা খুদুম চম্বা ঙম্বা মুপীদি অতাঙবনি। সতী ধর্ম্ম তাকপদা নৎরাই পাম্মবা লৈরবী মৈতৈ চনু লমজিং মৈরা নহাকপু জগৎনা মতম্ কুইনা পুন্সিংন্নিংই। ধমকাগুম থোক্লবদি থাদোক্লগে, (থাঙ থাদবা) নঙগী পুন্সি'বুদি কলম্নং। লৈজবা ঈরোশিং ঈপাঙলনা পাম্বা মায়য়োক য়ারম্লগে। ঐগী বন্দি ফীজোন্সে নঙঙোন্দা তুজুংনবা অরোম্বগুম্ থোক্লবদি হুক্তোক্লগে, নঙনা শাংনা হিংনবা। থাজো মৈতৈ মুপী—ঐ নাগরিক অমনি।

রজনি—নাগরিক্! নঙনা ঐবু অমুক মুংশিবিরিবা করিগীনো? থৌওং অড়তনা ঐ চিংনদবা ঙমদে—, ঐদি মুপীনি মঙনা মুপানি।

সরজু—নঙনা ঐবু থাঙদবনা নঙগী দম্ভদা ঐ হাৎপা পাপনা

অমকপা মচু ওইনা তৈভুগনি। ঐগীদি হায়রিবনিনি, নহাকপু মাহুহনগে খল্লিবা (কৈদা) মহাক অসি ঐগী য়েক্লবনি মহাকপু থেংনবদা ঐগী পাঙ্গল ওইবা (থাঙদা) খুৎলাই অসিস্থ নঙভোন্দা ধমকাগুম থোক্লবদি থাদোক্লগে সে নঙ পায়শিঙ্গরো (থাঙ খুল্লগা মমাঙদা হুঙ্কিল্লি) ঐনা নঙভোন্দ ধর্ম্মদগী মপান থোক্কুনা নত্তবা মিৎয়েং য়েং-কক্লবদি নঙনা পাংথোক্লবা নথৌশিংগী মনুংদা অমা ওইনা নুপী জাতিগী ফিদম্নকম ওইরবা রাণী দুর্গাপত্তি, লক্ষ্মীবাইনচিংবা রাজপুৎকী অথৌবী নুপীশিংগী মতৌ-গুম নহাকস্থ ঐবু—!!

রজনি—অথৌবা !!....... (থ ঙ খু-গত্তুনা) ঐনা নংাকী থম্মোয়বু ময়েক ল'না উবা ফংজরে। নঙনা ঐবু পাম্বা নত্তে—ঐবু কন্নিংবনি। সে—থাঙ অসিগী মপান্না য়েক্লববু লান-বিরো। চেকশিল্লু সহীত ........(থাঙ পী মহাকস্থ লৌই।)

সরজু—(থাঙ চিক্কুনা) ঐনা থাঙচীক্কুনা রাশক্লিবসিনি অকাইবা লমচৎ অমত্তং মপান থোক্লকপদা নঙনা পীবা দণ্ডি ইরানগী দমক্তা হরাওনা য়ারি। (কৈদা ওনশিন্দুনা থা চিকই) উম—মীহিংচা কৈরেনলা, খোইয়ুম, লাইগী শাদোংলা ? নমু ভাইবঙ মীচিকভম শাহিং চাবা ওইরে অদুমঙাইরে খোইয়ুম লাইগী শাদোং ওইরে অদুমঙাইরে, নশামক্তি ভাইবঙ ঐগী য়েক্লবনি নঙ ঐ রাশক ঙাক্লবা ভারে...!! জাই-ভগবান।

(হায়না চোংশিনদুনা অশিঙনবা লেপ্পী, কৈশু নাক্কন অমদা চোংথোকই। অমুম্না চেকশিনবা খুভমদা খুদোঙ-চাবা ঙাইদুনা মুক্লে মমৈথঙদা সরজুনা চোংখৎনবা ধমকা ভোশিন্নদুনা রাংনা চোংখৎহল্লগা পাকথদুনা চঙশিল্লগা তান্ চানা পুক্লাক্তা য়াল্লি। কৈ অদু নমদু নমদু তুশিনদুনা মথ্থাং শোরো ২ চিংদুনা চেনথোকই।)

রজনি—(পাখৎপগা লোয়নন।) ইস !! অথোবা !! চেকশিন্বিয়ু !!!

.........অথোবা !! ..........(পাখৎপনা কপ্পী)

সরজু—শকখঙদবা, করিমু ভোরোই পাখৎকনু।

(শোল্লপ্না চোংশিল্লক্লিবা কৈতুদা থাঙকম খঙদবমথৈ য়াল্লি। অমসুং তাম তামদুনা থৌল্লি। অকোনবদা চেপ্পা ভুরিবা কৈগী নাকথিন্দা খা চাক্কুনা থাঙ তঙখাই অম। থিংজিল্লম্মগা, য়ুংশিনদুনা থনম্মগ নাক্কুনা চেঙথোক্লকই।)

সরজু—হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ খোইয়ুম্ লাইগী দুত্ নওবনা, মপুকচেল শেংদবনা, অংশানবগী থোনা অরেম্বদা তাত্রেদে। হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ [রজনিদা] লৈহোরো শকংঙদবী নঙগী পুকচেল চেৎপা মতৌদা ঐনা মিৎকুপ্ অমত্তা পম্বকা ঙমদে,..... মৈথক্ক লেপ্লগুম্ ইংোমতা হায়কম খঙদে।

(চৎপা হৌই।)

রজনি—[মুন্না য়েংই]——ঙাইখো পুপা !!

সরজু—(লৈথোক্লক্কুনা চপ্ লেপ্পী, মুন্না য়েংই।)

রজনি—[মিৎকম্ হোংদনা মুন্না য়েংদুনা থরা থরা চঙশিল্লি।]

মখোয়'নি য়া ঙাঙনদনা মুন্না য়েংবৈ। [ Light move & change ]

পুকচেল চাওরবা অথৌবা, মহাক্না ওসি কনবিরিবা পুন্সি অসিগী য়ারী তাবিনবা মতম্ খজিক্তং লৈগদ্রা ?"

সরজু—উম, শকখণ্ডদবী পুন্সি খরগী য়ারি তাবা ঐগী দরকারনি।

রজনি—( ঙক্না ) মরমদি........?

সরজু—মরমদি, য়ারী য়াখোংগী পাম্বৈ নত্তনা ঐনা ঐগী মাড়িসম্বন্ধ, শাগৈ-নাতৈ, অমদি সুংশিজখ্রবী নহাকী ফিভমগা চুনর-গদবা ইচে ইচন্ শুপ্নবী — রজনি ....

রজনি—[ মমিং পল্লকপদা খংপ্রেক খংই, মুন্না য়েংই। ]

সরজু—অমদি মতম্না শারেপ্ কারম্লগদবা সুংশিরবা সুংশিরবী ইচা জয়ন্ত-কুমারি অনিবু ঐনা শকখণ্ডবা ঙম্বগী পাঙ্গল্ লৈতে !!

রজনি—ঈ—!!

[ খর খংথি থিংই, সরজুগী খুৎ অনিমক শৃপ্নাই পায়শিন্দুনা খজাইনা ঙাথরগা। পি চদুম্ ২ শিন্থুনা হীক্ হীক্ কপ্পী )

সরজু—[ শিন্থরকপা পিনা রজনিগী ঙাথরক্লিবা খজাইদা তপ্ তপ্ তাই। ] ঙাইখো, শকখণ্ডদবী।। নংস্থ ঐগুম্ কায়না মৈচাক নংলিবিরা ? নংতরগা, নপারী নমোম্ নৌনা কায়নখিবীরা ?

রজনি—ইবুংঙো। নশাগী মিনা মাঙদা মুক্তি ওইনা লেপলরবকাওবদা শকখণ্ডবীগ্রবরমে অথৌবা। ( মখুৎ খুৎনমদা নাল্লি। )

সরজু—( গুক্লা। খুৎ কনখোক্লয়গা )--নস্তে নস্তে, মহা ধর্ম্মি
নংনা অদুম্ ডাঙগদবা নস্তে।

রজনি—চুম্মি, নহাক রারি ভাবিখো। তোল্লবী ননাইমুবী ঐনদি
ইবুঙোগী শক্তম্ হোংলবম্ভ অশেংবা শক অদুদি খঙজরে।
( চঙশিল্লুনা মথুৎ পায়রগা ) ঐ নংগী রজনিনি॥ মুমিৎ
থাদগী কাওবা নাথৈদুন্না লৈরিবী, শেংলবী নহাক্কী
রজনিনি।

সরজু—( মমায়দা মুন্না য়েংঙুরগা ডক হাইদুনা ) হুম্ নঙনা
থিরিবদু ঐ নস্তে। ( খুৎ কম্থোক্লয়গা খরা চৎপা তৌই )

রজনি—( মাঙদ খৎলগা ) মানি। ঐ নহাক্কী রজনিনি—য়েংঙুবে
কাউরব্রা ?

সরজু—শকখঙদবী, নঙ অমুক্তং খঙ্গুখো ; মংনা থিরক্লিবদো ঐ
নস্তে।

রজনি—( মথুৎ পায়দুনা পিগী লোয়ননা য়েংখৎতুনা ) "সরজু!"
ঐ নঙগী রজনি—নি, রজনি!—নহাক্কী রজনি॥

সরজু—( চিংননা ) "সরজু!" ( ওনশিল্লুনা মুন্না য়েংলৈ। )

রজনি—মানি ঐ নঙগী রজনি-নি, সরজু! নঙ করিগী অদুব
কাওজন্ থিরিবখো ?

সরজু—'রজ…… !!' ( হায়না খোনগাইদা লাউদুনা কপ্প—কপ্প
খংকোন কোনশিল্লি। ) অদুগা মথুৎ অনিল্প পুপ্পায় পায়
শিল্লগা মুরু মুরু নৈরগা চুপ্তুনা )—'রজনি !!"

রজনি—ইবুঙো!! ( ফুনগত্তুনা লৈরবদগী অরেপ্পা লৈঙনা কপ্পী

সরজু—হায়রু রজনি, নহাক্না মকম অসিদা করম্না……?

রজনি—ইবুঙো !! ইচা জয়ন্ত-কুমারি অনিবু থিবদা তাইবঙ মীহু কিজবনা নারদী ঋষি শাদুনা থাগী থাবল্ খাঙপোক্লা পিয়াংনা চরা ওইদুনা খাঙজরকপা লোইদাব্ থাশিং থীঙমদরেনে ইবুঙো !!

সরজু—রজনি !! অচম্বী মুপী অমগী পুন্সি ওইদুনমু নংবু ঐনা ফংজবদি স্বর্গ য়োবা ঙমলেদো। থাগৎতবা ঙমদে, ঐ পেল্লে রজনি !! ঐ পেল্লে, নহা ওইরিবী নংগী পুন্সিগী অবস্থা অসিবু উনারক্ত লোৎতুনা বলক্ মিহৌ মিৎয়েংনা কাইদোঙহনবা ঙমদে। পাক চাউরবা সংসার অসিদা নংগী লমচৎ শাজৎ অসিগা মান্নবা কয়া লৈরমগদগে ? নঙ সতীনি, সতী ! হায়রু লাইবক চাউবী নহাকী পুন্সিগী লেঙত্রবা মরল অনিদু শিখিবরা নত্রগা করম্বা অরোনবা থুপ্চাম্নখিবা কনা য়াওই।

রজনি—( কপতুনা ) ইবুঙো !! ননাই ঐ মতম্ কয়াগী মমাঙদা অশিবগী থয়াত্তা তাদুনা জ্ঞান্ য়াওদনা লেপ্পখি। ঈশ্বর মহাকী থৌজান্দগী সংসার মশক খঙলকপদি মুং-শিন্নবা ইচা অনিগী শক্তম্দো মতম কুইনগী ওইনা মুৎথিরম্মে। ঙসি ফাওবা উবা ফংজন্নি। খোঙশানফম খঙদনা খোঙ্জুল লীদুনা ফংনি ফংঙোই খঙদনা মখোয়বু থিজবনা ইথৌদাং ওইজরিবনি।

সরজু—রজনি !! ( মথুৎ থাদোক্লগা পি থাম্মী ) তোক্লো, নং ঐগী

লাইবক্তা ভমখ্রবনি কনানস্থ শেমদোকপা ওয়রোই, পুন্সি পোলোই ওাইবা নত্তনা করি উপাই লৈ ?

মজনি—( পোৎয়োম্ খুনগত্তুনা চৎপা হোই ) ও। ইমাগী মণি॥ ইমাবু করম্ খাওসিগেনে—জয়ন্ত-কুমারি—২।

( কপ্পা ২ কোনা ২ চৎখিন্নখি। )

—LIGHT OFF—

## অনিশুবা শরুক

## ৫বা উৎপা

মফম :—মাঘজিৎকী রুম। মতম :—মুংখিল।

( মাঙ্গোল অসিগী নাকচি ওইরপ্পা টেবল অমস্থং চিয়ার লৈত্তেং কয়ামুক লোয়ননা তরু তনান্ লৈ। মাঘজিৎ চঙলকই।)

মাঘজিৎ—আ— যুগোল——

যুগোল—( ইমুংদগী ) বাবু সাহেব্।

মাঘ—লাওবে লাওলে table গাকসি অমুক যোৎনা থম্বরাও ? কোক্সা খয়া শাবনে — মুংঙাইখিব্রেদা।

যুগোল—( চেত্থোক্লক্তুনা table-chair কঙ্খোকই ১মুং লোয়ন-মকপা পোৎশিংদু ওক্তুনা টেবলদা থমই। অমুক চেন-শিন্দুনা চা লৌথোকনুরগা টেবলদা থমই।)

মাঘ— ( Chair দা ফমথৈ ; চা লৌখৎলি। ) জয়দি হল্লক্লি্রবা ?

যুগোল—ইবুঙো ঙরাং স্নুমিদাং চাক চাদনা থোকখিবদগী হঞ্জিল্লক্লি্ । 

মাঘ— উম্—। অদু ঐনা হায়বত্রুদি শোয়বা য়াদেকো। মানা হেক য়ুম্ অসিদা হঞ্জিল্লকপগা মাবু ফাহ্নুনা ঐ লাংক্ল্‌-ফাওবা নৈরম্লবা শিনবনগদবনি যুগোল। চেকশিনগদ-বনিকো; রাখম্না পুবা মী ওইখিবা তারে খুদোং চারোই, অদুগনে মা ঐবু শাওহনগনু হায়যু। কুমারী হায়বী অদু নত্ত্রুনা মণিপুরদা মাগী নুপী নৈত্রে হায়রাও ? ঐনা য়ারোই হায়রিবসিনি। লাও, রা হায়গে চঙশিল্লকউ।

যুগোল—( খরা চঙশিন্দুনা ফমই। )

মাঘ— নখোয়না শিলংদা চংখিবৈঙ অমদি চংত্রিবৈঙগী মম্লাঙদা নখোয়গী শাজৎ-লিচৎ খঙদুনা ঐনা মখোয়নিগী মরিদা M. L. A. প্রকাশকা হান্না উন্নখ্রবনি।

যুগোল - বাবু সাহেব্ ! ( হরাওনা তাই। )

মাঘ— মতম কুইনদগী তিন্নরকপা M. L. A. ওইবনা মহাক্লা হেন্না হরাওনা পান্নমই। অদুদা কুষ্ঠিগী মতাংদা অরুবা রাফম্ অমা নৈত্তুনা থবক মথা য়াদত্তুনা নৈরি।

যুগোল—বাবু সাহেব্! কুষ্ঠিগীদি হান্না রামাঙ য়াল্‌হৌরগা অতোপ্পা পাঞ্জি অমদা অমুক ... ... ....।

মাঘ— হুম্ হুম্, নং তাখো ; য়েংঙোই নাকোং অনিশুবা য়াবা রাফম্ নত্ত্রেকো, জয় কুমারি অনিমক্তুসু তাহনবা য়াবা নত্ত্রে খঙলবরা ? লুহোংবগী রাফমসে অা-য়েনরুরপোৎলি,

থানখিবা মুমিৎকী হায়রুরবদি পংকুই কুইদ্রবনি। পুন্নমক তোইনরবা মতুংদা বুষ্টি য়েংনবা হায়রকপদা জয়দি ঐনা পোকপা নত্তবনিনা মাগী বুষ্টিদ্রু ঐগী য়েক্, ঐগী শাগৈদা : ইনৌ নৌনা ইবা তাখি। অদুগা মাগী অশেংবা অদুদি থগুদ্রবনি। য়েংউ কয়া লুখ্রবনো ? করিবু করিনি হায়না লৌগদৌরিবনো ?

যুগোল—( ওন্না ) অপোক্পা জয় নত্তবা— ?

মাঘ— নত্তে, হায়বসি নংতনা থগুজিনবা মতুনা কনাগুম্বা অমদা হায়দোকপা য়াবা-নত্তে।

যুগোল—অদুদি সাহেব্ বাবু মচাসি ··· ···।

মাঘ— থগুঙে ঙাইখো, — ···· হৌখিবা চিনা অমদি ভারতকী কাশ্মীরগী য়াথোক অদুয়াইদা মণিপুরদসু Naga hostile গী ঈরাং কল্লম্মিদনা— ? মতমদুদা ঐ পলেন্ পুলিশ ষ্টেসন্দা লৈরমই। নোংমা অয়ুক অথেংবদা ষ্টেসন্দগী মাইল্ অমা মথাইরোম্ লাপ্পা উমং অমদা Hostile Party তানথাইরুবা হল্লকপদা 'জয়'সি চহী ১।২ গাক্তি শুরম্মদ্রা, য়াম্না পীক্কা ওম্থোকপা মওং অমদা লৈরমই। ঐনা মরম হংগদবসু মানা অঙাং ওইমনবনা উপায় লৈখিদে। মতম অদুদা Hostile না মুপী অঙাংদা অত্যাচার তৌদুনা মচা কাবিবা,—মমা পুবিখিবা য়াম্না য়াম্না থোকই।

যুগোল্—বাবু সাহেব্ অদুগীদমক্তা ওইরবদি লুহোংবা হায়দোকদ্রবসু য়াই হায়না খল্লে!

মাঘ— ঙাইখোনে যুগোল। কুমারিস্থ জয়গী পুন্সিগা শন্না অমত্তা খেৎনবা লৈতনা মায়ৈ, ঐদি করি তৌগবনো—হায়না খনবনি অদুবু প্রকাশনা থবৎ-তৎনা য়াখিদ্রে। মহাকী রাখল অদুদা থবক অসি থিংবনা ফগদোবা কয়া লৈবদো ঐস্থ য়ানিংবা য়াওই। ঐখোয় অনিতনা থওবা অরোনবা কয়াস্থ লৈ। অদুগনে রাকম অসি জয় ১ দি কুমারিনা ঈ মতৃমদগী ঙসি ওইরিবা ফিভম অসিফাওবদা মশা মশা ফাওবা থওদনা অস্থকী মতিক্ লোয়া থম্লক্লিবনি অদুনা কনা অমদা শন্দোকপা য়াদেকো যুগোল।

যুগোল—( ফম্লম্বদগী রা ঙাওলমদনা পওথদুনা লোংনা তুথখি। )

মাঘ— ( ফিংনা হৌগত্তুনা চওশিল্লগা মকোক কোনথৎলি )

যুগোল। যুগোল। নত্তে—!'

( মিৎ না ইথক থক্লা মায়কৈ শুনা য়েংঙ্রগা। )

( নিক্লা ) "যুগোল!! ··· যুগোল ··· "

( হুগৎতুনা ফমঃল্লগা খুৎ নাম্মনা থজিন্দা লাকথখি। )

যুগোল—(খর শাংনা হোম্মরকই। )— "অ ··· ···!! "

মাঘ— যুগোল!! মহাকী মতৌ অসি করিনো—?

যুগোল—( তপ্না মিৎ পাংথোক্তুনা মাঘদা য়ুম্না য়েংই )— 'বাবু সাহেব্—পৃথিবীনা মুমিৎকী অকোয়বদা লৈরি, ঐস্থ পৃথিবীগী মথক্তা লৈরকপনি, পস্থংকম্ য়োরবদা উরু-উরু লৈরুবগী চৈনাখোন্ কোক্ ঙাওজবতনি।

মাঘ— যুগোল। ··· ···।

যুগোল—মহাশয়! অদোম্না শন্দোক্লিংদবদগী ঐনা শকক চাম্না হেম্না চেৎনা থমজনিংলে। অদোম্না খঙংন্নিংদ্রিবা মীশক অদু ঐনি, অতোপ্পশিংনা খঙলুবগী থোইনা কাম্নবা লৈতে, খঙগে খন্না তাম্নবক্লিবা ঐনা খঙলে। ঐগী পুন্সিগী মঙলান্ মঙফাওনরক্লে হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ ··· ···।

মাঘ— (ইঙক ঙক্লা হৌগত্তুনা মঙেন্দা খুদোম্বীনা থিন্দুনা) 'নক্তে যুগোল ···· ···· ‼'

যুগোল—পুকচেল্ চাউবা O.C. ওকপীগনু, পাখৎপীগনু (হৌগৎলকপা)

মাঘ— ঙাইখোনে যুগোল!

যুগোল—পুকচেল্ চাউবা থম্মোয়নি পুথোকপীরকপা লংলা লংজিন খুদিংমক অমুক কিশী কীবিরগনু —।

মাঘ— (শাউনা) যুগোল।·······

যুগোল—উম্, খঙদবনা মতু শোন্না লৈরম্লবা মীথ পোনবা অশাবা (অহাপ্পা শম্ লৌথোকপগা লোয়ননা) যুগোল্ অদু ঙসিদগী নক্ত্রে। ঐ জয়ন্তগী মমামকপু পোকপা মবুবোক মুক্তানি।

মাঘ— (পাখৎনা) মুক্তা ‼ ···· (মুন্না য়েংবা)

যুগোল—(ফীগাও শানা য়াড়না—) তৌবিগনু মহাশয় ‼ অরাবা শকখঙনরুরবদি পিরাংনা পোকোই হায়বা অসি লাইনা থাবনি কুরুক্ষেত্র' অক্তোয়নীগী জহিকার মীকপ মীরাও-থোম্না পোলোইনবগুম্ হৈনা মশক খঙদ্রিদৈ ঙাদিং য়াকাইরোন্ তম্বীত্নরা নোক্লা পুন্সি শৈহৌখিবদগী মতম্না

শরেপ্ কাহল্লবা গুলিকাউবা শুক্লবা থম্মোয়গী নায়ক্তা লেপ্তনা খিজরক্লিব ঐহাক্লি। অরাবদা শিনবাংবিষ্ণুনা ইশু ইপু শকখণ্ডনহনবিয়ু!! ফীগাওশানা নীজরি!!

মাঘ—(অরাবগা লোয়ননা মশাগী কোক কল্প পায়শিঙ্গে) ঐ খনকম খণ্ডব্রে—!! কনাগী মরামো? ঐবু ঐরা। ঐ মকম খণ্ডব্রে! (ভাঙনা ভাঙনা ইমুংদা তপ্না চঙখি)

মুগোল—(খণ্ডনিং নীংশিংলকপগুম্ তুজুংনা)—নত্তে। মিংমায়বী কুমারিনা জয়ন্তগী মচন্ ওইনা প্রকাশনা য়োক্লবা থোক্ল-বদি—মচন্ মবুঙ্ অনিবু জগৎকী মুপী মুপা ওইবগী মুংশি লাংদা মমা পোকপা মবুখোক্লা লমজিংবা ভারবরা? তম্বা হৈবা করম্বা খিখিগী নোংদমদা চৎনবী রাংমা লান্দুনা লণ্ডফত্রবা ইরাল্ লণ্ডজদুনা পাপকী ঈরায়দা ঈরাক্লনি খণ্ডনা খণ্ডনা নিঙাইদনা কৃমথব থোক্লবরা? [খুৎ লোয়দুনা মুমিত্তা ওন্সিল্লপা কমথৈ]—হে-ঈশ্বর!! পোকপস্থ শিবস্থ নহাক্লা তম্বিরি, নংগী তাইবঙ্ ফমবাক থক্তা খুদুম্ চেৎনা পায়হনবিরকপা নহাকী নপাউখোত্তবু শীল্লাঙজদুনা হিংজবা নচাগী অয়োন্ অরান খিবীকস্থু নিজবগী আশীর্বাদ পীনবিয়ু!! [খুরুম্ ই।]

**Light off**



কুমারি—[হৌগত্তুনা জয়দা খুৎ পীড়না]—সে জয়! ঐবু পুরো !! ঐবু পুরো !! ......অদুরা ? নিশা ওইবদী থৌনা অদুরা ? নহাক্না মচু ঙমদ্রবদি ঐবু নংনা পুংশিন্দিরম্বা হাপ্নবদো। অমথাক্তি ? নং জয় নত্তে; নমথাকী মূর্ত্তিনি !!

জয়—'কুমারি—!

কুমারি—জয় !! নহাক্না কুমারিদগী নাথৈদুনা চৎলগা কুমারিনা মমাঙদা শিদুনা লৈরম্বদু নহাক য়েংনাংবরা ? নহাক য়েংনাংবরা "জয় !' নহাক য়েংনাংবরা ?

জয়—(মখোন খোক্লা কপতুনা)—কুমারি !! নহাক নোংমা জয়গী প্রেমদা তাউরম্বনি, ঐগী পীক্লিঙৈগীসু মখোক কারকপগীসু প্রেমগী ঈরোইনি !! অদুবু নহাক ঙসিদি নহাকী বারক চেৎপা পন্থোগী যাথং হাপ্তোক্লগদবনে কুমারি !!

কুমারি—জয়। (লাউবগা লোয়মনা জয়গী মথাক্তাইদা খুবাক্লা থাই।) [কপ্লা কপ্লা] নং! নং—নিপা জাতিগী মায়থিনবগী মশক ওইরবা নমথাকী মূর্ত্তিনি !! ও.........ইমা— !!

জয়—(কুমারিগী মথুং অনিহু লূপায় পান্থশিন্নগা লাইবক শুদুনা কপ্লী—) "কুমারি !!"........

[মতম অসিদা থম্বাল, প্রেপ, প্রেপ, চঙলকই।]

থম্বাল—[মখোয়গী মতৌ উবদা]—হৈমা অ-হ-হ—। (থোঁ-দেম্ শিন্নদুনা লৈথোক্লগা লেপ্লী।)

(জয়গা কুমারিগসু থংপ্রেক থংনা মপি তৈথোকনৈ।)

কুমারি—(ওনশিন্দুনা)—থম্বাল!

থম্বাল—(ইকায়না) কুমারি— ।

কুমারি—( থম্বালগী মনাক্তা চঙশিল্লগা ) থম্বাল !! নহাক্না নোংমা মীওইবগী পুন্সিগা লৈগী পুন্সিগা চাংদম্নতুনা লৈগী লৈনা-না অমমম্ ওইনা নীংথায়রক্কু'বা লৈখোক্তা অমত্তা পকহৌদবগুম্ মীওইবগী পুন্সিম্ন আশানা নাচুংলক্কবা মতম্ লাকখিনি হায়খিবদো ঐগী শরুক য়োয়ক্লে !! ঐগী শরুক য়োংক্লেনে থম্বাল !! ·· ····মাঙদা নাপন্ ভোনা লেপলিবসে—তাৎকী পি শিন্থশিন্নরিবনে শাদগী হেন্না রাখল পীকই। জয় নহে, নমথাকী মর্ত্তিনি।

থম্বাল - [শুংজাননা] কুমারি !!

কুমারি—[থম্বালদা ভাথদুনা কপ্পী] থম্বাল—ও !! ··········

থম্বাল—( পি তৈথোক্লগা ]—কুমারি। নহাকী খুদোং চানবা ঐ চৎলগে। [হায়রম্বগা চৎথি।]

কুমারি—[থম্বালবু খাম্বা ভমদনা কপতুনা লৈহৌই।]

থম্বাল—[খরা চৎলুরগা কিংনা চেনশিল্লকই।]—কুমারি। কুমারি! য়েংঙু নখোয়' পাবুংনে মখোয়' পাবুংনে প্রপ্রপ্ লাকইবসে য়েংঙু—। (ইওক ভক্না লোইনা য়েংনৈ।]

কুমারি—যুগোলশুন্নি। থম্বাল! নং চৎখিহৈগু।

থম্বাল—কুমারি। ঐ চৎখিবনা ফবোইদ্রনে ?

জয়+কুমারি—'ভাইথো থম্বাল!'·········

( মতম অসিদা মাঘজিৎ, প্রকাশ অমসুং যুগোল চওলকই। লৈরম্লিবা অমদি চওঙকইবশিংনা মায় মায় ওনশিন্নবা ঙম্নদদুনা ঙাইহাক লৈথোক্লদুনা তুমিন তুমিন নীংবা কায়না লেপনৈ।)

জয়—(ইকায়রপ্না) যুগোল! চাক লোইরম্মবরা?

(চৎকে ত্তৌই।)

মাঘ—(অনিকপা খোপ্পেম্না) জয়কুমার!! ঐবু করম্না রাকম অসি নঙোন্দা তমসিগে, পুন্সি অমথক্তদা মপোক অনি স্থরম্লবা; অরোনবা যুগোলনা অরোনবা নহাকপু ফোঙখ্রেনহে জয়!!

জয়—(পুমঙক ঙকনা) পাবুঙ !!

মাঘ—জয়! নংদি ঐগী অরোনবা ইমন্নি অশেংবা মপু খোল্লক্লে!! নহাক নহাক্তী নমা পোকপা নবুবোক মুক্তাগী জয়স্তনি!!

জয়—(অরাবা অমসুং অঙকপগা পুরা) নত্তে! পাবুঙ!! পাবুঙনা ঙসি তাকপিরিবা অসিবু নচাদি মঙঙম্না খোল্লে!! নচাবু করম্বা লাংদা থুহনবিদুনা কদাইফাওবা রাহনবিগদৌরিবনো? ত্তৌনা-লোনচৎ লানবা, অকায়বা কয়ামুক য়াওথ বস্থ জগৎ সংসারদদি মচাব, মমা মপা ওইবশিংনা ঙাকপি-কনবি কার, পাবুঙদি নচাব, কনবিররোইদ্রনে পাবুঙ!! নচাগী ইরানম্ন খঙজদ্রি, ঐ লাঞ্জরে পাবুঙ! নচাব ঙাকপীয়ু!!

(মখোঙ পায়দুনা খুরুম্বা)

মাঘ—(কপ্ন কপ্ন) জয়!! মংগী নরান করিস্থ লৈতে, লাল্লিবদি ইপানিনে ইবুঙো। ইপোৎ নত্তনা ইরন শারুবা, খম্নল চাউরুবা নপা ঐগী ইরান্নিনহে জয়! ! লৈতে ইচাগী মরান

কল্লিস্ত্র লৈতে।

প্রকাশ—(পি তৈথোক্লগা) জয় !! তোক্লো, নথোয়গী থৌওং থৌদোক অসিদগী-তুংগী ওইনা হিংলিবা জগৎকী মীপুম খুদিংমক্না মথোঙনা, মনি মুক্তা নেৎলফাওবা মশাগী মরম অশেংবা নত্রবদি মনি অত্রু খুন্নিংবগী রাখন পোক্লবা ওইরসনু !! ……… কুমারি, নহাক মুপী ওইরবস্ত লাইরিক হৈখীনি, ইপাবু রা য়াম্না ঙাঙহনগনু, নংগী অশেংবা মপূনা লৌথুপ লৌকোই চাংদোক্লনা নংতবু থিরক্লি। নংনা মতৌশাগী শাওং-শাথেক্তা হক্লিন্দুনা নশু নপু শকথঙনো !!

জয়—করি! মাগু……… ?

(কুমারিনা পুমঙক ওক্লা মঙোন্দা য়েংই, মথোয়’নি মিৎ চানরি। মরক্তা থম্বালনা অঙকপা, অকিবগ লোয়ননা অমুক অমুক য়েংই।)

যুগোল—মানি! নথোয় অনি নচিন-ননাউনি।

কুমারি—(শাউন) যুগোল!

প্রকাশ—কুমারি! মহাক যুগোল নত্রে, মহাকী ইকায় খুম্রবদা মতিক চারবা মমা পোকপা নবুবোক্লি। মহাক্না ঐগীদা কয়ম্না চাউরক্লিবনো খঙনীংঙিনি মতম অমদা মনিপুরগী অয়াম্বা মকমদা মশাদ-নক্তনা রাখল ফাওবা তমথিরবা Naga hostile গী অকনবা ঊৱাং অমা তৌখি। তমথিরবা ঊথক অত্তুনা নথোয়, মমা-মচা,-নচিন ননাউবু পারবা ফীজং অমগী মরুম অমমমদা থনম্মী, অত্তুগুম্বা অচীকপা মকম অত্তুদগী

নংবু ঐন' মমল য়াম্লবা পোৎশক অমগুম খূনখিবনি । নঙাক্লা পুন্সিগী লম্বাদা নিঙবা কায়বগী মচু খক্কিক শাংশিল্লবসু মীনা কাওংথোক্লবা মফম অদুদগী ঐনা ফংলক্লুনা ঙসি ওই-রিবা ফিবম অসিনা হেম্না মমল য়াম্বনি কুমারি !!

যুগোল—ঐগী মতম কুইনদগী মঙখিবা মঙলান অদু ঙসিদি মঙ-ফাওনরে । ঐগী পুন্সিগী আশা মপুং ফারে । জয়ন্তকুমারি অনিন মমা অবগী নোংএতদা পোকপা মচিন মনাও ঐনা মখোয়গী মবুবোক, হাঃ হাঃ হাঃ ..............

ঐগী পুন্সিগী মঙলান মঙফাওনরক্লে হ'ঃ হাঃ হাঃ হাঃ.......।

(মতম অসিদা জয়গা কুমারিগা মিৎ কুপ্তনা পিগ লোয়ননা য়েংনৈ, থম্বালনা নৈ-নৈদুনা মখোয় অনিদা তিঙক মায়-ঙক্লনা য়েংই । ঙাগাঙংদু পূমচীক চীকই ।)

যুগোল-পুক্চেল চাউরবা, জয়ন্ত-কুমারি অনিগী মমা মপা শক্লবা ভদ্রলোক অনিগী আশা অমদি নুং অপেৎপা ফংলবা মবুবোক ঐগী থোৱাং তুংইন্নরা ঙসিদগী থম্বালবু জয়গী পুন্সি' লোয়নবী.............কুমারিগীদি মনম্মা।

কুমারি—ইম !! (থংলাউ লাউরম্লগা খুৎ চীকই, অমম্লং পি শিন্দুনা হকচাং থক থক শীক্লা নোম্বদুনা খাঙই।)

থম্বাল -(কুমারিগা মতম অমত্তদা, ইকায় তুজুংননা) "খুড়া !!"

মাধ+প্রকাশ—(থম্বালদা) নত্তে-নত্তে, ইবেম্মা ! শিবনা ফবা তাহনগনু, নিপা মুপী অনিগী তোপ তোপ্পা শাজৎ অমা ঐখোয়না হৌদোকদবা নত্তে।

(ভাব ইত্তা তান্নদ্রিরৈঙদা প্রকাশনা থব্বালবু তরঙদা লেপ-লিবা জয়ন্তদা পুশিন্দুনা খুরমহল্লি।)

যুগোল—(মিৎত্তি পিরাং চেল্লি, পেন্নস্থ নোকই) হাঃ হ'ঃ হাঃ হা ঃ…………ঐগী পুন্সিগী আশা মপুং ফারে, ঐগী পুন্সিগী মঙলান মঙফাওনরে হাঃ হাঃ হাঃ—ইশু কুমারিগী অচিকপা ত্যাগকী মায়থোঙনা মশা মথন্নতা চীকচবা নত্তমা অয়েংবশিংগী থম্মোয়বুস্থ অঈংবা পীরবনি হাঃ হাঃ হাঃ (মতম অসিদা ফিজোন নাল্লবী রজনি অমস্থুং সরজু হরাওনা চেনশিল্লকই।)

রজনি—(অথাপ্পদগী) পাবুঙ।…………পাবুঙ

(তু'থ-মাঙথ চেনশিনমিন্নরক্লগ মুক্তাগী থোঙ পায়দুনা অনি-মক খুরুম্মি।)

যুগোল—(খুজেং পায়দুনা অনিমক হৌগৎহল্লগা লৈ লৈদুনা য়েংই)

'সরজু'!………—'রজনি।'

(ময়াম পুন্নমক ঙক্লে)

"(খুদোম্বীনা থিন্দুনা) য়েংঙু—অসিনা নংগী নচা কুমারি!

অসিনা 'জয়ন্ত। অমসিনা মৌ হাঃ হাঃ হাঃ হা ঃ(মৌ হায়-রকপগা চপ মান্নবা থম্বালনা ফিজিনা কোক খুমই।)

রজনি—(কুমারি পল্লকপগা চেনশিন্দুনা কোল্লি।) ইমাগী ইবেম্মা কুমারি!!

কুমারি—ইমা!

সরজু—(মতমতুমক্তদা জয়ন্ত হায়রকপগা চেনশিন্দুনা কৌদ্রৈ) জয়ন্তা

জয়ন্ত—পাবুং……

য়ুগোল—(নোকই) হাঃ হাঃ হাঃ হুঙাম্বুরকী থাবল্লেনা নাচোম্ ফানা শাৎলয়ে ঐনা পামজবা ঐনা কংজরে হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ পুন্সিগী অশা মপুং ফারে, পুন্সিগী থাবলনা থম্মোয় অসি লুপাগী ফিডৌ ফৌথরে হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ…(কপ্পা লাউরকই।) পুন্সিবু পুন্সিনা ফংলে. পুন্সিবু পুন্সিদা শিন্নরে। ঐগী মঙলান মঙফাওনরে হ'ঃ হঃ হ'ঃ হাঃ……।

(জ্ঞান য়াওদনা নোল্লম্বদগী মওং থীনা লোংনা হাইথখি। থম্বাল অমসুং কুমারিনা সুংশূত্রদুনা লেপ্পা নত্তনা অতৈদি কোয়য়োম য়োমশিন্দুনা লাক্লে। ময়াম পুন্নাও লাওই :— "ডাইখো! ডাইখো! ল'ঙগনু লাঙগনু মখোঙ থেকউ! তাং খুদিংগী থেঙ্কোক থেকচিন্ শানৌ (নচিংবা)—"

রজনি—(কৌত্তনা কপ্পকই।)

প্রকাশ—য়েংঙোই, য়েংঙোই ইবেম্মা কপকনু! কপলবদি থবক অমত্তা পাঙথোকপা য়াররোই। কপকনু করিমত্তা তৌরোইকো কপ্কনু—।

(থেঙ্কোক থেকচিন্ নিপা-মথৈনা হোৎনৈ, ডাইহকতংদু পূমচীক চীকই। য়েংঙম্বদগী কুমারিদু হোগৎতূনা কনা অমত্ত তাহল্লমদনা থর চৎথোক্লগা লোম্না চেনখি।)

থম্বাল—কুমারি!—কুমারি চেনখ্রে—কুমারি—কুমারি—॥

(কৌনা কৌনা তাম্নখি, মখোয় থরম্ চেনথোকখি।)

থয়না—(থুনা) পায়রো পারয়ো পুরনি পুবনা করনি। হে ঈশ্বর কন্নি থোক্রগবা!

(হায়না ইয়াও লাওনতুনা কপ্না য়াও, থাংবা রাও য়ান্না থুনা চংনখি। অথাপ্নদা কুমারিবু কম্না কন্না অমম্ভং তান্না তন্না কৌনরকই।)

---

**Lsght off**

২ শুবা শরুক

## অরোইবা উৎপা—(৭)

মফম্—উ ৱানা শূরুবা ভোর্বান, মতম—অহিং।

**Back Sound:**—(কননা কুমারিবু শান্না শান্না কৌই, কননা 'মুক্তা' কোড়ুনা কপ্পি; অসুম্না কপ্প লাউনবগী খোঞ্জেম্না ইনিল নিল্লি। সুংশিৎ-সুংশা লেপ্পবা মতম অসিদা অরাংবা উদগী চোইনা কেল্লকপা উনাগী মভোনা তরক তরকপা হেনগৎহনবগুম ভোই। নোংপোক থংবা অতিয়াগী মকোয়দা থা-না নোংদোল খেংনা কাপথৎলক্লি। ভাঙ্গা অসিদা 'কুমারি' নৌ অমা পায়ড়ুনা য়ান্না মিৎশিং-নাশিংনা ভুং-মাঙ য়েংড়ুনা চেকশিন্না চেনশিল্লকই।

কুমারি—(উজাউ অমগী মরুমদা চেনশিল্লগা চেপথড়ুনা কোয়য়েং য়েংই। অমুক থরা চৎথোক্লগা কয়িগুম্বা অমদা মুন্না য়েংই।

'মহাকী রাথন'

শিলংদা twist ভোৎদা শেৎপা ফিজোন্দু শেৎড়ুনা জয়' রা অমত্তা থাঙদনা চঙশিল্লক্লগা তোখিবা অত্রুমক কারদনা twist ভৌনৈ। রা থাঙদনা মথং মথং চৎথরকই। **Back Sound**—

(অনাবা খোঞ্জেম্না যম্রগা লোয়ননা ঈশৈ শরুকই।)

ঈশৈ

পুন্সিগী ঈচেন্দা হোল্লি হিনা

থম্মোয়গী ঈপাক্কা তাউরি এনা

.... .... .... ...

চৎলি ঐখোয় শক্ক ভুৎনা। পুন্সিগী

... ... .... ...

হনগনি ঐখোয় হনগুমদনা। পুন্সিগী

( ঈশৈ লোইখিবগা 'জয়'দু তপ্পা থোকখি, মহারা চৎ-খিংগা কুমারিস্তু হাইগুম চপ লেপতুনা করিংগুতো-খিদবগুম লেপ্পী। ঙাইহাক তুমিন লৈরগা জয়' চঙ-লক্কুনা ১বা শরুক্কী ৪শুবা উৎপদা তেঙ্গে পীরিবা মসুংদু মথং মথং চৎথরকই। খেৎনবদি জয় অদুম্মক থোক-খিনি কুমারিনা মুংশুক মুংজাননা লেপহৌগনি। ঙাই-হাক অমুক পন্থরগা জয় চঙলক্কুনা ২শুবা শরুক্কী ২বা উৎপদা তেঙ্গে পীরিবদু অমুক চৎথরকই। খেৎনবদি জয়না অদুম চেনশিনখিনি কুমারিনা হান্নগুম লৈহৌগনি। উজাউদুগী মনাক্তা প্রপপ্রপ্ চঙশিল্লগা ঙারিবা লৌদু পাইরগা করিগুম্বা অমদা মুন্না য়েংই।

Back Sound—( মুক্তাগী খোঞ্জোন্দা— ) "ঐগী মতম কুইনদগী মঙখিবা মঙলান অদু ঙসিদি মঙফাওনরে! ঐগী পুন্সিগী আশা মপুং ফারে। জয়গুকুমারি অনি-না মমা অমগী নোংমগুদা পোকপা মচিন মনাও (মচন-

মবুগু )-ঐনা মখোয়গী মবুবোক হাঃ হাঃ হাঃ হাঃ" (মতম অসিদা অরাপ্পদগী কুমারিবু অপূনবা খোঙ্গেম্না শাম্না শাম্না কৌরকই। )

কুমারি—(মুন্না য়েংশিন্নবদগী ভাব খংতা তারকপগুম মায়কৈ শুনা থক্না য়েংই। তুং-মাঙ য়েংনা য়েংনা ভগ্না তুরেলগী খোঙবান্দা কুমথখি।( Light move & change.)

সরজু, রজনি, O. G., প্রকাশনচিংবা খুদিংমক মিপাইনা অমসুং অরাবগা লোয়ননা কুমারি কুমারি, কুমারি !!, কৌর কৌরদুনা মথং মথং চেনশিল্লক্লগা ওন্না তৈনবা মায়কৈদা অচুম্মক মথং মথং তায়খি।)

রজনি—( চেন্ন চেন্ন ) ইমাগী ইবেম্মা অপঙবী, মুপী ওইবী নমা ঐগী থম্মোয়না লৈনাদগী হেন্না থোংলবগ্ন ইচা মুংশিবগী ঈনা তোংশাদা মরিক অমত্তং পক্লিবা মবৈদি ব্রজবাসিগী থাঙশাংনা মায়খুদনিংঙাই লৈতেনহে ইমাগী ইবেম্মা'! – কুমারি !! ঈশ্বর মহাক্কী মখুৎশেম্না কুমদম্বা মহাকপু কুমকাংঙৈ মমানা মচা মুংশিবগী প্রেমগী সমুদ্রদা ময়েং তাগদবা লৈতেনে অপঙবী !!

( কপ্ন-কপ্ন, কৌন-কৌনা চৎখি। ঙাইহাক পম্ন্নগা 'থম্বাল'না থৌরি অমা, পায়দুনা মিৎশিং-নাশিংনা লোন্না উ অমগী মনাক্ত চঙশিনলকই। )

থম্বাল—থম্বাল। নংনা সংসারগী চৎন-লোনচৎ থঙ্গিদ্রিঙৈ, মুংশি মঙলানচানা মঙদমদ্রিঙৈগী থম্বালদু নত্রব নিকো !! ব্রহ্মা

বিষ্ণুনা মিতাজবা মীওইপোক্কী পুন্সি, নহাক্কি মুপীজা ওইনসু পোক্লগা তাংজ-হৈবী উরিগী মপোক্কুম মুংঙাই শরুকসু নহাক্কীদি তম্লমদ্রে॥ নিপা মুপী ওইবগী মুংশি মুংঙোল ঈচেন্দা পাঙদবী নহাক্কুম্বীনা লংলা লংজিন মুপ্পগী করি পাঙ্গল লৈবগে? নত্তে, নত্তে ঐগী রাখল অরানবনি !! মৈনি খঙনা খঙনা পায়রুবা ঈরাক্লনি খঙনা খঙনা কুম্মুবা নংগী লঙজমন্নি !! ঈচেল কল্লবা প্রেমগী লাইরুথক্তা লৈকংগী থম্বালনা করম্না হিংগনি। মংদি লৈকং থম্বালনি, করম্না ঈশিং হৈনগনি? ননাৎ নত্তে!! নংগী শরুক য়াওরিবরা? লৈ-কংলাগী থম্বালনা লৈতংগাইদা হেঞ্জবা, ঈপাল্লাংগী লৈ-রাংনা চাংজোথক্ত হেঞ্জবা। করিগী ননাৎ নত্তনা মীপাল তাংঙুরি .........,মুঙ্গাই থক্তা ওম থোইনা খাঙজবা-কোরো খাদা কেমজবতনা নংগী শিন্থানি। লৈক'লাগী লৈকং থম্বাল ননাৎ নত্তে কাউরবরা মীগী পুক্লিং পুথি্দা। করিগী পুন্সি॥ হা-রুব (ডাঙনা ডাঙনা পিরাং চেন্দুনা অনেম্বা উশাদা। মথং মথং পায়দুনা কাখৎলগা থৌরি মঙক্তা হুকচল্লি অদুগা মতোমতা উশাদা পুন্সিল্লি। মতম অসিদা অথাপ্পগী নিপা খোঞ্জেল অমনা 'কুমারি' কৌরকই।)

থম্বাল— (খঙথুনি মতাগুম কোয়েং য়েংঙম্মগা) 'লৈকং থম্বাল! নংগী অরোইবা থৌনা লাক্রে!......... খঙহৌরো খঙহৌ রো অপাম মুংশি রাখল। পাঙনা পাঙনা মিৎ তাঙলবা মুপী

জাতি খুদিংমক, অহোংগী নিক্লান কোবৌহনবগী মশেক্তা মাওখিবগুম নুপী ওইবী ঐখোয়গী পক্কিরমদাইগী মতমদদি তাংজবগী মপোক্কি হায়দুনগী নীংবা কায়রবা পুন্সিদুদি মীগী খুরৌ ওইনবগী মশক্কি ।।

(হায়না উদগী চোংথদুনা থৌরিদা, থ্রাক থ্রাক য়াল্লি। মহাক্কা লাউরগা খোঙ্গেন্দুদা 'নন্দ'না মচিন্দ খুং থন্দুনা ইথক থক্লা 'কুমারি' কৌরে কৌরদুনা চেল্লকই )

নন্দ—কুমারি ! কুমারি কুমারি !!

( চপ লেপতুনা কোয়না অমুক য়েংই—, থরমুক চৎলংগা কৌই। ) কূমারি—কুমারি !!'

(থৌরিদা য়াল্লিবদু খংউ উবদা 'কুমারি!' হায়না অনীকপা খোঙ্গেন্না কৌবগ লোয়ননা চেনশিল্লি ১মুং প্রপ প্রপ্ হোৎনদুনা উশাদগী থৌরি থোকই। থৌরি থোকপা হেক লোইবগা য়াল্লগা 'থম্বাল'না মখাদ-চপ লেপ্লগ। তুথখি। মহাকগী থুনা কুমথরক্কুনা কৈনা কোনথৎলি। মমায় হেক উবদা ওক্লা )"থম্বাল !! ও-হো-হো ( কপ্পা ) -- অসিরা সংসার !! অসিরা মীওইবগী পুন্সি ? ও— থম্বালসনা—!! থম্বাল—!! অরাবগী ঈরাউখোন্দা নশাগী ওইজববু য়েক্লবনি থন্দোক্কনা মমল য়াওদ্রবা কাওশিনগুম নীংঙাইদনা থরায়বু শাম্নপোৎ ওইনরি। নিপা নুপী ওইবগী প্রেম বন্দিনা কনাবু কনানা খুদুমচনবা ওমদবদগী ওসি যৌবনগী ঈপাক্তা পুন্সি কয়া শিবা

হায়বনা অচেৎপা লাইনিঙ ওইদুনা মপান্নাইদনা শৈশক্কে শৈদমৈ। মুপীগী পুকচেল! নুংগী মুত্তি ওইখ্রবা!! ও! থম্বাল, অঙকপনি নংগী থম্মোয়— অঙকপনি!! ------মত্তে মহাক্কী ফিভম অসি খঙথি উথিবা য়াওরবদি, মুপী জাতিগী লমজিং থাউমৈ ওইরবা, শিজিন্নফম খঙনা মথরাই কাওবা শামবা হুরবা, মহাক্কী রাখল, মহাক্কী দেহ অসি অরেম্বা শীংদা চনখ্রগনি!! ঐগী করি হেবাং নিঙাই লৈ ?— ----লৈরে, শিবা হিংবগী রাখলবু ঙমখৈ নাইনা পুবা ঙম্বা, হায়দগীমু হিংলক্লবা তুংদমু কোলোয় মখৈতদি অমর ওইহৌরমমু। ঈশিংনা মশাপুম্বা চোৎ- হল্লগে অদুগা ঈশিংদগী কংলকপনি হায়না মহাক্কী অস্থিত- বুদি হায়গুম ময়ামগী ওইহল্লগে। রারৌগমুকো থম্ব ল! নংগী রাখলদি নংগীনি, ঐগী থৌরাংমু নংগী ওইয়ু-ও! থম্বাল!! মরৈবাক মজাতিগী হিংলম্বা পুন্সি ওইনা নহাক্কা কুমারি- গদি কৈদৌমুংদমু চাংদমবা য়ারোই, নংদি সনাগী থম্বাল- নি স্বার্থ ত্যাগকী মূৰ্ত্তিনি, কুমারিদি অচম্বী মশাগী ওইজবদগী শমকৈ অমত্তং কাওবা নাখৈবা ঙমগ্রবী অর্থ চেপ্পবী মুপীনি। ও! থম্বাল লোইরেদো সংসার, লোই- রেদো পুন্সি ওঃ থম্বাল!!!

(হায়না মীংবা কায়না কপতুনা থম্বালবু অদুম্মক কৈথ- য়না পুদুনা চৎখি।)

(মেডল অসিদা ওন্নতৈনবা নাকল অমদগী কুমারিনা তুং হন্না হন্না য়েংলদুনা য়াম্না কন্না চেনশিল্লকই। মহাক্কী তুংদা অথাম্লদগী কুমারিবু কৌর কৌরদুনা জয়ন কন্না তান্নরকই।

জয়— কুমারি! কুমারি-কুমারি! (কন্না তান্নবা)

কুমারি—( চেল্লম্বদগী হন্দুনা 'জয়'রোমদা চেনশিল্লক্লগা মাগী থবাক্ত লাইবক্তা শুরু শুরু নৈদুনা কপ্পী।)

'অ হঃ হঃ হঃ হঃ·· অ হঃ হঃ হ হ'.......!!

জয়— (চিনবান মচেৎ চীক্তুনা চেম্বরকপা পি খীকথদুনা মাঙ্গুবিবগা লোয়নবা) 'কুমারি' অসিগুম্বা শিরগা লোইরে হায়বা পুন্সি অসিদা অমুক সমাজগী মীনা শেম্বা খুৎশেম' আইন খরনা মী অমবু অমনা পামজবা, মুংশিবা অমদি পুনীংবা মায়কৈদা পন্থিংবা অসি 'নং ঐগী পুন্সিনা খুদম ওইররে!!'২

কুমারি—নোক্লচাওবা সংসার অসিদা মনাগী হুকমান'না সাক্ষি ওইগ্রবা পুন্সিগী শৈহেক কয়াবু করম্না মঙনি হায়সিগেনে তামো!! আঃ হঃ হঃ হঃ হ ....— (কন্না)।

জয়— কুমারি!! নং ঐগী লাইবক্তা ভয়কপনা সমাজদা নাট্যকার কনাগী য়াথনগী তুরৈ য়াওদনা অকোংবা লিলা ওইখ্রবনি!! নং ঐগী পুন্সিনা লঙজরুবা শৈহেক কয়াদো কোকপীননবা, চানবিনবা জগৎকা মপু ওইরিবা ঈশ্বর মহাক্কী মফমদা খুরমজসি লাও কুমারি!! খুরমজসি!!

(হায়না কুমারিবু মখুৎ পাইদুনা চিংথরগা নোম্বুহন্দুনা খুরম্মিরৈ)

**The end**